# গান্ধীজীগী ৱাখলনা শেম্বা

## স্বরাজ কংলবা ভারত



শ্রীমংলাম নবজৌ সিংহ, এম, এ

# ৱাহৈ খরদং

"গান্ধীজীগী ৱাখলনা শেম্বা স্বরাজ ফংলবা ভারত" হায়বা লাইরিক মচা অসি গান্ধীজীনা ইরম্বা "My picture of Free India" হায়বা লাইরিক অদু পাজরুৱগা খরা শমলপনা ইথোকচবনি। লাইরিক অসিদা স্বরাজ ফংলবা ভারতপু গান্ধীজীনা করমনা থম্বা পামবগে হায়বা অদু উৎলি।

ঐহাক লাইবিক ইবা মীওই অমা নৎচদে অদুবু অসিগুম্বা গান্ধীজীগী ৱাংলবা ৱাখল অসি ইমা-লোন্দা ইথোক্লবদি গান্ধীজীবু নুংশিবা মাৱ থাজবা মাগী মরমদা খংনিংবা মীওই কয়াদা মতেং খরা ওইগদ্রা হায়দুনা ইথোকচবনি। লাইরিক অসিদা ৱাহৈগী নাতৈ চাদবা কয়া থেংনবীগনি। পাবীরিবাশিংদা অশোয়বা কয়া ঙাকপিনবা হায়জবি।

লাইরিক অসি ফোংদোক্লবা হোৎনবদা Manipur Govt. না শেল ওইনা মতেং খরা পাংবীরকই। মদুনা ছাপা নম্মহন্নবগী অচৌবা মচাক অমা ওইথি।

লাইরিক অসি ফোংদোকনবা হোৎনবদা ঐগী মরুপ শ্রীহাওরোকচম ব্রজবীহারী সিংহনা অচৌবা থৌদাং অমা য়াবীখি। মদুগীদমক লমন তোল্লবনি হায়না লৌজৈ।

নোনজরিবা

শ্রীসালাম রনজীৎ সিংহ

# গান্ধীজীগী বাখলনা শেম্না স্বরাজ ফংলবা ভারত

*********

## ১

গান্ধীজীনা ভারতপু য়াম্না নুংশিজৈ। মসি মহাক্কী পোক্লফম ওইবনা নত্তে ভারতকী অচৌবা গুনশিং অতুননি। নোংচুপলোমগী হরাও-তয়াম্বা পাম্বা লৈবাক্কা ভারতকা য়াম্না খেন্নৈ।

যুগ যুগ কয়াদগী ভাবতবাশিশিংনা হিংসা তৌদবা হায়বা ধর্ম্ম অসি চৎলকই। মসিনা ভারতপু পৃথিবীদা কজবা লৈকোল অমা ওইহল্লি। মহাক্কা অহিংসা হায়বা পাওজেল অমা পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা শন্দোকলি। অদুবু ভারতনা অসিগুম্বা অসি তোক্কুনা অতোপ্পা লম্বী অমদা চৎলবদি ভারত অসি গান্ধীজীনা পামজবা অদু ওইরোই। মহাক্কীদমক্তা চাওথোকচবা ঙম্মোই।

ভাবতনা হিংসাগী লম্বীদা চৎলবদি গান্ধীজীনা ভাবত্তা লৈনিংঙোই অমসুং মহাক্না ভারতকীদমক্তা চাউথোকচবা ঙম্মোই। অদুগা ভারতনা মহাক্কী নীংতম্বা অসি হিংসানা লোৌরবদি গান্ধীজীনা

চাউথোকচরিবা ভারত অমসুং ওইদ্রে। গান্ধীজীনা ভাবতকী নীংতম্বা অসি অহিংসানা লৌবা পামজে।

ভারত্তা মমাংঙৈদগী হৌনা লৈরম্লবা মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বা ধর্ম্ম অমসুং গান্ধীজীনা ভারত্তা লেঙদনা থম্বা পামজে। মমাংঙৈদা হিংসাগী মরক্তা অহিংসা পুথোকলগলিবা মুনিশিং অমসুংমুক চাউবা মপোক অমা ঙসি পৃথিবীদা লৈত্রে। মখোয়না খ্বাইদগী চাউবা খ্বাইদগী হৈবা পুন্সিগী লালফমদা সোরুবা হৈবা লান্মীনি। গান্ধীজীনা ভারত অসি শোন্দুনা অহিংসা পাম্বগী ৱাফম নত্তে। মহাক্কী (ভারতকী) মাঙদ্রবা আত্মা অমা লৈ মদুনা পৃথিবী পুম্নমক্কী অকনবা শক্তিশিংবু নমহৎপা ঙম্লবগীদমক্তনি।

ভারতনা মহাক্কী অহিংসাগী লম্বী অসিদা চুম্না চৎপা ঙমলবদি পৃথিবীগী শান্তিদা য়াম্না মতেং পাংগনি। ভারতকী য়ামখ্রবা মীয়াম অসিনা অহিংসাবু নিংথিনা চৎলবদি পৃথিবীগী মী পুম্নমক্কী ওইনা অকবা থবক তৌবা ঙমগনি।

ভারতনা নীংতম্লবা মতমদা মী পুম্নমক্তা চপ মান্নবা অধিকার অমসুং পীবা ঙমদ্রবদি গান্ধীজীনা অমসুংগুম্বা নীংতম্বা অমসুং পামজদে। গান্ধীজীনা পাম্নবদি ভাবতকী নীংতম্বদগী য়াম্না হেল্লি। ভারতনা নীংতম্লবা মতুংদা অশোনবা জাতি পুম্নমকপু নোংচুপকী লৈবাক্-শিংনা ওৎপা অমসুং থিংবা পাম্মী।

ভাবতনা মহাক্কী নীংতম্বা অসি অহিংসানা ফংলবদি মহাক্কী অহিংসাগী পাউজেল অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা শন্দোক্কনি। ভারতকী অশেংবা পাওজেলদি অহিংসানি। অসিগুম্বা পাওজেল

অসি শন্দোক্ত্রবদি ভারতনা অতোপ্পা শন্দোক্রবা পাউজেল অমা লৈতে। পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তা লাল তৌনবগী ঈ তানবগী অৱাবা খোঞ্জেল তারি। পৃথিবী জাতি কয়ানা মসি কোক্রবা লম্বী অমা থিগে হায়রবদি ভারতকী চহি কয়াদগী লৈরক্রবা অহিংসা অসিনা ওইগনি ভারতনা অহিংসা অসি শন্দোকপা ঙমদ্রবদি এশিয়া অপুম্বা অৱাবা তাগনি। চুম্না এশিয়া আফ্রিকাগী ৱাদা নক্তে পৃথিবীদা লৈবিবা লৈখা তারবা নৈহৎপিববা জাতি পুন্নমক্কীনি। ভারতনা অহিংসাদা থাজত্তুনা লৈববদি মহাক্না লৈখা তাত্তুনা লৈরবা জাতিশিংদা অনৌবা মঙাল অমা পীবা ঙমগনি।

ভারতনা অচুম্বা অমসুং অহিংসাবু নিঙথিনা চৎলবদি খা আফ্রিকাদা লৈরিবশিংবু নিঙথিনা লমজিংবিবা ঙমগনি। অতুগা ভারতনা নোংচুপলোমগী মতৌ তমত্তুনা শক্তি লৈহনগে হোৎনয়বদি মীগী মতৌ তম্বা তাগনি অমসুং মীমান্নবা ঙস্মোই। গান্ধীজীনা মঙলিবা মঙ অসি থাদোকপা ঙমলোই।

# ২

ভারতকী সভ্যতা অসি করিগুম্বদসু মুথৎপা ঙমলোই। যুগ যুগ কয়াদা ইথক কয়ানা সভ্যতা অসি মাঙহনবা ঙমদতুনা হিংতুনা লাক্লবনি। রোম গ্রীকস কয়া কায়খ্রে, অদুবু ভারতকী সভ্যতাদি মওং হোংলবসু হিংতুনা লৈরি। ইউরোপ্তা লৈবা জাতিশিংনা রোম অমসুং গ্রীকসতগী মতৌ তমহৌই, মখোয়গুম্না মতমগী খোঙচত্তা মাঙখিগনি।

ভারত্তা ইনাকখুনলগদা নুংঙাইগনি লাইবরগা রাগনি হায়রগী রাখল থোইনা লৈতে। নুংঙাইবা অমদি রাবা হায়বসি পুক্লিংগী রানি। ভাবতকী সভ্যতাদি নোংচুপলোমগী সভ্যতাগা য়াম্না খেন্নে। ভারতবাসিশিংনা অতোপ্পদগী তমগদবা নত্তে। অতোপ্পশিংবু মহাক্না তম্বীগদবনি।

অদুম ওইনমক গান্ধীজীনা নোংচুপলোমগী সাহিত্য অমসুং মহাক্কী পোৎ কথাবু গান্ধীজীনা য়াম্না থাগৎলি অমসুং মীহৌবগা লোয়ননা য়েংলি। অদুবু চহি কয়া চাং য়েংবদা খঙঙে মদুদি ভারতপু য়াম্না রাংবা থাক্তা থাঙ্গৎকে হায়ববদি হৌজিক মী অয়াম্বনা পামলিবা নোংচুপলোমদগী লাকপা সভ্যতা অসি থাদোক্কদবনি। হৌজিক্কী নোংচুপলোমদগী সভ্যতা হায়বদি নুংঙাইবা পাম্বা ফুরা

দলান, মুংঙাই য়াইফবগী মবমদা য়াম্না থনবা অদুবুনি। নোংচুপ-লোমদা লৈবা জাতিশিংনা মখোয়গী লম অমদি হরা মুংশিৎ অদুগা চান্নবা সভ্যতা অমা শেমজবনি। ভারতকীসু মহাক্কী মমাং-ঙৈগী সভ্যতা অমা লৈজে। মদু ভারতকা চানৈ। মদু চৎকদবনি মতম ঙাইহাক মুংঙাইবগীদমক্তা ঐখোয়না ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা সভ্যতা অদু থাদোকপা চ্মদে। নোংচুপলোমদা লৈবিবা মীশিংনা মীওইবগী মুংঙাইনবগীদমক্তা অঙকপা পোৎ কয়া পুথোক্লে অদুবু মদুদগী হেন্না ঙকপা ধর্ম্ম অমসুং আত্মাগী মরমদা ঐখোয়না পুথোক্কনি।

ঐখোয়গী সভ্যতা চাওখৎপা অমসুং নীংতম্বা পুম্নমক অসিনা ঐখোয়গী অরাৎপা অদু হেন্না হেন্না য়ামহনবগী মহুত্তা ঐখোয়গী দরকাব লৈবা পোৎ অদু অসুম অসুম মশীং হন্থহনগদবনি। ইউরোপকী সভ্যতা অসি ইউবোপ্তা লৈবা মীশংগীদি ফৈ অদুবু ভাবতনা মখোয়গী মতুং ইন্নব। হোৎনরবদি ভারতকী অমাঙবা ওইগনি। মতম চুপ্পদা মুংঙাইবদা [illegible] হায়বসি অরাবগী মশক্নি।

# ৩

লাইরিক ইবশিংনা চন্না লৈবা অমস্তুং থম্মোইদি য়াম্না রাংনা থনবগী। মবমদা যাম্না ইরম্মী অতুবু হৌজিক্কী মী অয়াম্বনা য়াম্না রাংনা লৈবা হায়বদি য়াম্না কে-মৌনা লৈবগী মওংদা লৌনরি। কে-মৌবগী অরেপ্পা লৈতে অমস্তুং মপাল নাইদে। কে-মৌবগী অবেপ্পা ঙমথে লৈতে। পৃথিবীদা লৈবিবা ধর্ম্ম হিন্দু, খৃষ্টান, ইসলাম ধর্ম্ম পুম্নমক কে-মৌবগী থবক অসিদগী ওন্না তৈনবদা ইড়ুনা থনম্মী। ধর্ম্ম পুম্নমক্না মীওইবনা নুংঙাইথোকপা হায়বসি পাপনি হায়না লোই। মসি মী অযাম্বনা খঙডি অতুবু মী অয়াম্বনা ইনগে হায়বদি পল্লমদে। মী অযাম্বা অপাম্বনা খুড়ুম চল্লি। মশানা মশাগী খেল্লবা ওইহল্লি। মবম অতুনা অপাম্বগী মথা পোনগে পোল্লোই হায়বাসি মশানা পুবনি। ঐখোয়না অপাম্বা অতু থাদোক্লবা হোৎনগদবনি।

ঐখোযগী লৈবাক্তা লাইববগী তোপ তোপ্পা গুণ অমা লৈ। লাইববগী খোইনা ইকাইবা লৈতে। মহাক্না মহাক্কী খাংপোক অতুনা ওনাব খুনবগী নবা দলান্দগী হেন্না পামজে অমস্তুং মতুগীদমক্তা চাইখাবচে। মহাক মশাদি লাইরববস্তু মহাক্কী থম্মোইদি মপাল

নাইদে। পেনবা হৈবা হায়বসি মহাক্কী গুননি। অশেংবা মুংঙাইবদি পেনবা হৈবা অমসুং ঈশ্বরবু থাজবদা লৈ।

গান্ধীজীনা মী পুম্নমক চপ মান্নগনি অমনা অমদগী ইনাক খুনবা য়ারোই হায়বসি খনখিদে। অদুবু ইনাক খুনবনা লাইরববু মুংশিবিবা অদুগা লাইরবশিংনা ইনাক খুনববু মিহোৎদবা হায়বসিদি মতম পুম্নমক্কা খল্লি। য়াম্না মপুং ফারবা সমাজদসু লাইরবা ইনাক খুনবা হায়বসি শোয়দনা লৈগনি। খেন্নবা অসি থাদোকপা ঙম্মোই অদুবু ঐখোয় মীওইবনা হোৎনরবদি অনি অসি য়েংথিনবদি থাদোকপা ঙমগনি। হৌজিকসু ঐখোয়না ইনাক খুনবা কয়া লাইরবা কয়াগা মুংশিননা লৈবা উই। মবম অদুনা ঐখোয়না অসিগুম্বা অসি মশীং য়াম্না য়ামহন্নবা হোৎনগদবনি। মী পুম্নমক মান্নে হায়বসি গান্ধীজীনা থাজদে। খুদম ওইনা হায়রবদা মী অমনা অমদগী হেন্না লৌশিং শিংঙি।

করিগুম্বা ইকোনোমিক ইক্বেলিটি হায়রগা ঐখোয় পুম্নমক শেল লৈবা পোৎ লৈবা অদু চপ চপ মান্ননা লৈবগী ব্রাখলদা লৌরবদি মদু লাল্লি। মসি অসুম্না লৌবা য়াই, লৈনবা যুম লৈবা মতীকচানা শেৎনবা অমদি চানবা লৈবা শেল থুমগী মওংদা থবক তৌবদা চপ মান্ননা খুদোংচাবা পীবা। গান্ধীজীনা খেন্নবা লৈরিবশিং অসি অহিংসানা নোংমা নোংমগী লৌথোকপা পাম্মী মী মীগী মতুং ইন্না মান্নদনা ফংবা য়াই অদুবু মদুদা ইকোনোমিক ইক্বেলিটিগী ব্রা য়াওদে হায়বা য়াদে। খুদম ওইনা হায়রবদা শামুনা য়াম্না চায অদুগা উচি অমনা খিত্তা চায়। মদুদা মান্নদবগী ব্রাকম

লৈতে। গান্ধীজীনা অহিংসানা ইকোল দিস্ত্রিবুসন পুরকপা পাম্মী। অহানবদা ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সিদা অহোংবা অমা পুরক্কবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী দরকার ওইবা অতু য়াম্বিবামখৈ য়ামহন্দনবা অতুগা পুক্কিংদা ভারতকী লাইরবগী মরমদা খনবা। ঐখোয়না তাল্লিবা পুন্নমক য়াম্না পুকচেল শেংনা তাল্লবা মতুংদা মতু অতোপ্পা মীশিংদা তন্দীবা। ইনাক খুনবশিংনা মখোয়গী অহেনবশিং অতু লাইরবগীদমক্তা শিজিন্নবা। মী অমনা মহাক অসি মযামগী মখা পোনবনি হায়না খন্দুনা ময়ামগীদমক্তা শেল তাল্লবা, ময়ামগী কান্নবগীদমক্তা লেপ্পলবদি মহাক্কী থবক অদুমক অহিংসানি। অসুম্না মীওইবগী ৱাখল অসি হোংলবদি সমাজদা শান্তিপুর্ণ ওইবা অহোংবা অমা লাক্কনি। মসিনা নুংঙাইতবা অমত্তা থোকহল্লোই।

অদুমকপু য়াম্না কন্না হোৎনববসু ইনাক খুনবনা লাইরবগীদমক্তা য়েংবি খোৎপিবা অসি তৌদ্রি। লাইরবশিং অসিনা নোংম নোংমগী লাইবক্তুনা নৈহৎপিত্তুনা চানিংঙাই লৈতনা শিরি। করি তৌগনি? গান্ধীজীগী মতকী মতুং ইন্না সত্যাগ্রহ অমসুং মাগী মশা মরেং পুন্নমক শিজিন্নবা অসিনা অচুম্বা লম্বী ওইগনি। মীওইবনা হিংসা তৌবা পাম্মী। মসি শাশিংদগী তমহোবনি। অদুবু অহিংসা অসি মীওইবগী ৱাখলদগী লাকই। মসিনা তপ্না তপ্না চাওখৎলকই। মসিগী মতেংনা ঐখোযনা ঐখোযগী পুন্সিগী লাল পুন্নমক থেংনগদবনি।

গান্ধীজী মত মতুং ইন্না ইকোনোমিক ইক্কেলিটি হায়বদি মী খুদিংমক চপ মান্নবা লৈগনি হায়বা নত্তে, মী খুদিংমক মহাক্কী

দরকার ওইবদু লৈগদবনি হায়বা নত্তে, মী খুদিংমক মহাক্কী দরকার ওইবদু লৈগদবনি হায়বনি। শামু অমগী চানবনা ককচেং অমগী চান্বদগী শরুক য়াম্না হেনগনি অদুবু মতুনা মান্নদবগী খুদম অমদি নত্তে। খুদিংমক মখোয়গী দরকার ওইবা অদু লৈবা অসিনি।

ঙসি লাইরবা অমসুং ইনাকখুন্না অসিগী খেন্নবা অসি য়েংবদি অরাবগী মশকনি। খুঙ্গংদা লৈরিবা মীশিং অসিবু য়াম্না নৈহৎপিরি মখোয়না চানবা পুথোকলি অদুগা অয়াম্বা মতমদা চাননবা রাৎলি। লাইরবা ইনাক খুনবা মী খুদিংমক মতীকচানা চাবা দরকার ওই।

ঐখোয়না থবক শুবিবা মী পুন্নমক উকিল, ওজা, ডাক্তর, ইঞ্জিনিযাব, রাইশিংপা পুন্নমক য়াম্না খেন্নদনবা হোৎনবা। অদু নত্তুনা অফংবদনা য়াম্না হেন্না ফংতুনতা লৈরবদি লৈবাক অসিদা মখোয়বু পীবিনবা লৈরকওই। লৈবাক অসি শেল শিংবা ঙমদবা লৈবাক অমা ওইরক্কনি।

## ৪

পৃথিবীদা অচৌবা অমদি অপীকপগী ৱা লৈতে। মশানা মশাবু অচৌবনি, অৱাংবা জাত্তা পোকপনি হায়না খঙ্গৱিবা অহু অৱানবনি। মহু পঙবদগী থোকপনি হায়বা য়াই। থৌজাল হৈবা হায়বসি য়াম্না ইকাই খুম্ননিঙাই অমসুং অচৌবা গুন অমনি অহুবু মী অহুনা মশাগী কান্নবা য়েংহুনা মশাগী খন্দুনা তৌরক্লবদি মহাক্কী থৌজাল অহু অথোইবা থৌজাল নত্তে। লোশিং, হৈশিংবা, লোল পুন্নমক সমাজগীদমক্তা শিজিন্নগদবনি।

মীনা মশাগীদমক্তা হিংবা তৌরোইদবনি। হান্না লৈরমলবসু হৌজিক্তি ঐখোয়না শাগৈ নাতৈ চাওবগী ৱা অসি থাদোক্কদবনি। সমাজদা অসিগুম্বগী ৱাখল অসি থম্বা পামজ্রবনি। হৌজিক পৃথিবীগী মফম পুন্নমক মিং পাঙলবদি অমসুং আত্মা অমগা আত্মা অমগা খেন্নদে হায়বা খঙনরক্লবনি। পুন্নমক ঈশ্বরনা শেম্বনি। অহুবু পুন্নমক হৈশিংবা মান্নগনি হায়বগী ৱাখলদি নত্তে।

মী পুন্নমক অসি মান্ননা পোকপনি। ভারত্তা ইংলেণ্ডদা আমেরিকাদা পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্তা পোকলিবা মী খুদিংমক আত্মা অমমম লৈ। মী অমনা মী অতৈদগী হেন্নি খনবা অসি মীওইবগী

গুন নত্তে। রাংবা, শিংবা, কুচু খেন্নরবস্থু আত্মাদি অমত্তনি। গান্ধীজীনা সমাজদা জাতি খেন্নবা কাংবু কাংবু খাইদোকপা পামদে। অপুনবা সমাজ অমা পাম্মী। কনাগুম্বা অমদা কাওবু অমদা অফবা পোৎ অচু ময়াম পুন্নমক্কী ওইনা অফবা পাম্মী। হিন্দুদা ফরগা মুসলিমদা ফত্তবা অচুগুম্বা অচু পামদে। মী খরদগী নত্রগা জাতি খরগীদমক অফবা ওইরবদি মচু মীওইবা জাতিগী অমাওবনি। জগৎ পুন্নমক্কী অফবা অচুদা গান্ধীজীনা থাজৈ। মরম অচুনা জগৎকী ওইনা অফবা তানবদা হিন্দুশিংনা শোক্লবা য়াদবা হায়চুনা কাওবু অমা থমলিবা অসি মীওইবগী খোঙচত্তা অপনবা অমা পী। গান্ধীজীনা ভারত্তা লৈরিবা মীপুম খুদিংমক অমত্তা ওইনা লৈবা পাম্মী।

ধর্ম্ম পুক্লমক্তা ঐখোয়না মুন্না য়েংলবদি মখোয়গী মন্নুংদা অমত্তা ওইবা অচু ফংগনি। অচুগা হিন্দুশিংগা শোক্লবা য়াদবা হায়বা কাওবু অসি অশুম থমলবদি হিন্দূ ধর্ম্ম অমম্নুং জাতি অসি মাঙলবনি। ভারতকী মী খুদিংমক্তা অসিগুম্বা অসি কাউথোক্লবা গান্ধীজীনা হায়জবি।

মীওইবগী মরক্তা অচৌ পীশক খায়বা অসি য়াম্না অকায়বা অমনি। কনাগুম্বা ব্রাহ্মন অমনা মহাক্তা হেল্লি হায়না খল্লবা মুমিৎ অচুদগী মহাক ব্রাহ্মন ওইবা তোক্লবনি।

# ৫

নোংচুপলোমদা চৎলিবা সোসিয়েলিজম অমসুং কম্যুনিজম অসি রাখল খরদা যুক্ষম ওইদুনা লিংখিবনি মসিনা। ভাবতকীদগী য়াম্না খেন্নে। মখোয়গী রাখল অমনা মশাগী কান্নবদা য়াম্না য়েংবা অসিনি। মমাংঙৈদা ভারতকী মুনি কযানা মীওইবগী অচৌবা আত্মা অসি উৎনবা মশা কয়া কৎথোকখ্রবনি। ভাবতকী সোসি-য়েলিজমদি অহিংসানা যুক্ষম ওইদুনা লাইববা ইনাক খুনবা অচৌ-পীশক পুন্নমক চান্ননা লৈদুনা লিংগদবনি।

সোসিয়েলিজম হাযবসি য়াম্না ফজবা রাহৈ অমনি। সোসিয়েলিষ্ট সোসাইটি হাযবদি মী পুন্নমক্তা অচৌ-পীশক খায়দবা চপ মান্ননা লৈবা অসিনি। মসিদা নিংথৌমচা লৌউবা ইনাক খুনবা লাইববা থবকশুব্রিবা পুন্নমক মান্নবা মওংদা থম্মি। ধর্ম্মগী মবমদা য়েংলবস্তু থোইনা অনি থোকপগী রা লৈতে। গান্ধীজীগী রাখলগী মতুং ইন্নদি তোংঙান তোংঙানবশিংগী মরক্তা অশেংবা অপুনবা অতু লৈ। সোসিয়েলিজম হায়বসিদি য়াম্না ফজবা অমসুং অরুবা পোৎ অমনি।

মসি ফংনবা হোৎনবদা য়াম্না ফজনা অমসুং শেংনা হোৎনগদবনি।

নিংথৌমচাশিংবু মকোক থুগাইদুনা ইনাকখুনবশিংবু মাঙহল্লুনা ফংগদবা নত্তে। কনাগুম্বনা চুমবনা অচুম্বা ফংবা ঙম্মোই। অচুম্বা লমচৎনা অচুম্বা য়োবা ঙমগনি। অচুম্বা অমসুং অহিংসা হায়বসি পৈশাগী নাকল অনিগুম্বনি। পৈশা অমদা মাগী নাকল অনিদা ইন্নিবা রাহৈশিং অদু তোংঙাল তোংঙালবা ওইরবসু ভেলুদি (মমল) চপ মান্নগনি মতৌ অদুগুম্না অচুম্বা অমসুং অহিংসা অনি অসিগী ভেলু অমত্তনি। কনাগুম্বা অমনা মহাক অদু মপুক শেংদ্রবদি মহাক অদু অচুম্বা ওইদ্রবনি অমসুং মহাক অদু অহিংসাদগী লাপ্না লৈরবনি।

গান্ধীজীনা খা আফ্রিকাদা লৈরিঙৈদা মীওই খরনা মশাবু সোসিয়েলিষ্ট অমনি হায়না লৌজে। অদুবু মখোয় অদু অশেংবদি গান্ধীজীগুম্না সোসিয়েলিষ্ট অমা ওইবদি নত্তে। গান্ধীজীনা থবক শুবগী মরক্তা য়াওই অদুগা মহাক্না মদু তৌফম থোকপা অমনি হায়না লৌই। মসি অশেংবা সোসিয়েলিজমনি। গান্ধীজীনা মতম পুম্নমক্তা মী ময়ামগী সেবা তৌবনি হায়না লৌজে। অদুগা নিংথৌ ফাওবা ময়ামগী সেবা তৌবা অমা ওইনা লৌদুনা সোসিয়েলিষ্ট অমা ওইবা য়াই।

গান্ধীজীনা নমদুনা নিংথৌ অমবু সোসিয়েলিষ্ট ওইহনবা পামদে। মুংশিবনা মরম ওইদুনা সোসিয়েলিষ্ট অমা ওইহনবা পাম্মী। গান্ধীজীনা অচুম্বা অমসুং মুংশিবদা য়াম্না চেৎনা থাজে। মুংশিবা হায়বসিদা মুপা মুপী মরী লৈনরিবা মুংশিবা নত্রগা মমা মচা মচিন মনাও মুংশিনবগী রাফম নত্তে। ঈশ্বরগা মহাক্কী ভক্তা অমগা অনি অদুগী মরক্তা লৈনরিবা অদুবুনি গান্ধীজীনা মুংশিবা হায়না লৌরিবা অসি। গান্ধীজীনা য়েরুবগী মফমদা চঙজবা

হায়বসি মীওইবদা তম্বীবা পাম্মী। কনাগুম্বস্মু অদুগুম্বা থৌনা অদু লৌথোকপা ওমদে।

ওসি রশিয়াদা চৎলিবা কম্যুনিজম অসি ভারত্তা চুদে। ভারত্তদি অহিংসা ওইবা কমুনিষ্ট অদু লৈগদবনি। করিগুম্বা কম্যুনিজম অসিনা হিংসাগী থবক অমত্তা য়াওদনা ভারত্তা-লাল্লবদি মদু গান্ধীজীনা লৌগনি। মরমদি কমানস্মু ললগী মপু ওইরোই মী পুন্নমক্কা অপুনবা ওইনা লৈগনি সরকারনা মদু মযামগীদমক্তা কান্নবদা শিজিন্নগনি।

কমু নিষ্টনা পামবসি কবিনো? থেন্নবা লৈতবা সমাজ (classless society) অমা ফংনবা হোৎনবা। মসি মীওইবগী অফবা অমনি অদুবু মদু ফংনবগীদমক্তা পাঙ্গল অমস্মুং শক্তি শিজিন্নবদি গান্ধীজীনা পামদে।

গান্ধীজীদি অতৈ সোসিয়েলিষ্টশিংগা য়াম্না থেন্নে। পৃথিবীগী সোসিয়েলিষ্ট অযাম্বনা সমাজদা নমতুনা সোসিয়েলিজম পুবকপা পাম্মী। অদুগা গান্ধীজীনা অহিংসানা অমস্মুং মুংশিবনা মরম ওইদুনা পুবকপা পাম্মী।

ভারত্তা শোয়দনমক সোসিয়েলিষ্ট সোসাইটি অমা লাক্কনি। মদু অহিংসানা যুমফম ওইদুনা থমগনি। মদুতদা অশেংবা অমস্মুং মতম বুইনা চৎপা সোসিয়েলিজম ওইগনি।

৬

গান্ধীজীনা ইনাকখুনবা লম লৈব। পুম্নমক অসি মী ওংপা মীবূ মাওনবা তৌব। মশাগী ওইজবদা য়েংবশিংনা তোরিবসি য়াম্না নিঙথিনা কাঙবু নাইহুনা অমস্তুং মীশিং অহুনা য়াহুনা তৌরিবনি। মীশি' অহুনা য়াদ্রবদি মখোয়না মশাগী ওইজব। থিন্নিবা অহু যান্নোইদবনি।

মীওইবদা কান্নগদবদি ইনাক খুনবশিং অসি মাঙহন্নবদা ওইরোই মহুগী মহুত্তা ইনাক খুনবা অমস্তুং লাইরবগা লৈনন্নিবা মন্নী অসি য়াম্না অফবা মওংদা লৈনবা অসিনা য়াম্না অফবা ওইগনি!

গান্ধীজীনা জমিন্দার, ইনাক খুনবা পুম্নমক অসি ময়ামগী সেবা তৌবদা শিজিন্নবা পাম্মী। নীংতমলবা ভারত অহুদা কাঙবু কাঙবু খায়হুনা নুংশিনদবা অহু লৌথোকপা পাম্মী। মীগী মরক্তা খেন্নবিবা অমস্তুং কাঙবু নাইবগী রাখল অসি মুথৎকদবনি। ভাবতনা অহিংসা নিঙথিনা চৎলবদি ঐখোয়গী মরক্তা মান্নবা অহু থোইনা হোৎনকুবা লৈতনা পুরকপা ঙমগনি। অহিংসা অসিবু নীংথিনা চৎলবদি লম পুম্নমক অসি হৈটকী ওইবকপা য়াগনি। মতম অহুদা থবক শুবগী অমস্তুং হৈশিংবগী করি অমত্তা রাৎপা তোরোই। অহুবু

হিংসানা অসিগুম্বা ফিদম অসি ফংগে থল্লবদি মতু ওইথোকলোই। কাণ্ডবু কাণ্ডবু যেংথিনবা হায়বসি ভারত্তা অতোপ্পা লমদগী লাকপনি। গান্ধীজীনা পামজবা রাম-রাজ্য অদুদদি নিংথৌ মচা অমদি চাকনিবগী থোইনা খেন্নবা লৈতে।

গান্ধীজীনা জমিন্দারশিং অসি থুগাইবা পামদে অদুগা জমিন্দার অসি লৈতবা য়াদে হায়বসু খন্দে। অহিংসানা মখোয়শিং অসিবু ভাব তাহনবা পাম্মী। করিগুম্বা লৌ খোইরিবশিং অদুনা মখোয়গী শক্তি অদু খঙলবদি মখোয়না লমগী মপুনি। মরমদি লম পুন্নমক অদু জমিন্দারনা খোইদুনা নিঙথিনা লৈবা ঙম্মোই।

গান্ধীজীনা ভারতনা নিঙতমলবা মতমদা নিংথৌ খুভম অসি মুথৎপা পামদে। নিংথৌ অমসুং নিংথৌ মচাশিং অসি লৈবা পাম্মী করিগুম্বা মখোয়না মীওইবগী থৱাই য়াম্না থৱাই য়াওনা তৌরবদি। প্রজানা থাঙ্গেশেংবা মপুনি। নিংথৌশিংনা যাম্না শক্তি লৈবা অদু লৌথোকপা পাম্মী।

# ৭

মী পুম্নমক মশা মশাগী হৈশিংবা অদু উৎনবগী মফম অমস্তং খুদোংচাবা অদু থমগদবনি। হৌজিক মীগী মরক্তা খেন্নবা লৈবিবা অসি মীশিংনা লৌশিং ব্রাৎপদগীনি। শিংঙকপগা লোয়নননা অসিগুম্বা মান্নদবা অসি মাঙখিগনি। অদুবু অসিগুম্বা হোংলকপা অসি হিংসানা পুবক্কে খল্লবদি মদু মওং অমদা চৎখিগনি অমস্তং অফবা ওইবোই। অহিংসানা মীনা পাম্নবা অদু পুবক্কুনা অনৌবা যুগ অমা শেমগদবনি। লৌউবশিং অসিনা ভাবত্তদি যাম্না মরু ওইবা কাঙবুনি। মখোয অযাম্বনা মহৈ মশিং হৈতে। মখোযবু লাইবিক লাইশু তম্বীগদবনি।

গান্ধীজীনা চিংনবা লৈতনা থাজে মদুদি করিগুম্বা মী অয়াম্বনা অহিংসা থাজদুনা অহিংসানা স্ববাজ অসি পুরক্লবদি লৌউবশিংগী মখুত্তা শক্তি য়াম্না লৈগনি গনতন্ত্রদা লৌউবশিংনা লৈবাক্কী মপু ওইগনি।

লৌউবশিংদগী রাস্ত্রপতি, প্রধান মন্ত্রী ওইবক্কনি। অচৌ অচৌবা ফম পায়রক্কনি। লৌউবশিংগী মরক্তা মতীকচাবা মী থোরক্লবদি মহাক্কী মফম পীযু হায়না গান্ধীজীনা হায়গনি। মীপুম

খুদিংদা মান্নবা খুদোংচাবা পীগদবনি । লৌশিং শিংবশিং অহুনা ময়ামগী কান্নবা তৌগদবনি অহুগা মযাম্না মখোয়শিং অহুবু থাজবা (ময়ামগী থাজবা) অমা ওইনা লৈগদবনি ।

ইনাকখুনবশিংনা মখোয়গী মবল মথুম অহু ময়ামগী পোৎ ওইনা থমগদবনি । ঈশ্বরনা পীবা শক্তি অমসুং লল পুম্নমক ময়ামগী ফনবগীদমক্তা শিজিন্নগদবনি ।

গনতন্ত্রদা লাইরবা ইনাকখুনবা খেন্নবা থমদনবা হোৎনবা অহুদা ইনাকখুনবশিংনা লাইরববু নুংঙাইবা পুন্সিদা লমজিংবিগদবনি ইনাকখুনবশিংনা মযামগী লেঙদ্রবা থাজবা অমা ওইনা লৈবা পাম্মী । কবিগুম্বা মখোয়না মযামগী থাজবা অমা ওইনা লৈত্রবদি অতোপ্পা যাম্না মাঙবা শক্তি অমা লাক্কুনা মখোযবু মাঙহল্লবা য়াই ।

# ৮

গান্ধীজীনা নিংথৌ খুভম মুথৎপা পামদবা অদুগুম্বা ইনাক খুনববুস্তু মুথৎপা পামদে। থবক শুরিবা অমস্তুং শুহল্লিবা অনিগী মবক্তা য়াম্না ফজবা মবী অমা থম্বা পাম্বী। কাওবু অমনা কাওবু অমবু নমহৎপদি পামদে। লাইরু-ইনাকখুনবা পুম্নমক চান্নবা লৈবা পাম্মী।

থবক তৌম্নিবা অদুগা শুহল্লিবা অনি অসি অমগা অমগা মতেং পাংনদুনা ইমুং অমত্তদা লৈবা মীশিংগুম্না লৈনবা হোৎনগদবনি। গান্ধীজীনা ইনাকখুনবশিং অদুবু ময়ামগী থাজবা ওইনা থম্নবগীদমক্তা মকুপ ওইবা পাম্মী। গান্ধীজীগী মত্তা ইকোনোমিক ফ্রীদম হায়বসি থবক শুহল্লিবা অদুগা থবক শুবিবা মীশিং অদুগা মুংঙাইনদবা অদু লৌথোকপবুনি। মসি লৌথোক্ত বদি অহিংসানা সরকাব অমা লিংবা হায়বদু ওইথোক্তে। ইনাক খুনবাশংনা ময়ামগীদমক্তা ফনবা থন্দ্রবদি নোংমা শোয়দনা ঈ-নাই তানরগনি। অহিংসানা ইনাক খুনববু থুগাইশি হায়বা নত্তে। অহিংসানা ইনাক খুমগৎনবগী থবক অদু মাঙহনসি হায়বনি।

# ৯

গান্ধীজীনা থবক পাওথোক্নবা শেল (কেপিটেল) অদুগা খৎনবা পামদে। অদুগা শেল লৈখৎনবা থবক অদুবুদি থিংবা পাম্মী। কেপিটেল অদুগা থবক শুরিবশিং অদুগা অফবা মরী অমা থমগদবনি।

ভাবতকী লাইবক্তি য়াম্না ঈ-নাই তাদুনা লেপকদবা নত্তে। য়াম্না শান্তি ওইবা মওংদা লেপকদবনি। ভারতকী মমাংঙৈদগী ওইরক্লবা আশা অদু মাঙহল্লোইদবনি। অদুগা ঐখোয়না নোংচুপ-লোমগী চেল্লকইবা ঈচেল অসিদগী নান্থোকপা ঙমদে হায়বসি হায়-রোইদবনি। ভারত্তি ঈচেল অসি থিংনবগী শক্তি লৈজে।

লাইরববু ওৎপা অসি ইনাকখুনবা খর অসি মুথৎলগা ফগদবা নত্তে। লাইরবশিং অসি লৌশিং তাহন্দুনা মখোয়বু ওৎলিবা মীশিং অদুগা তিন্নদবা মতম অদুদা মখোয়গী ফিভম ফগনি। কেপিটেল অমসুং লেবব অনি অসি মরুপ ওইনা লৈরবদি মীওইবগী য়াম্না কান্নবা থবক তৌবা ঙমগনি।

ইনাকখুনবা হায়বসি পৃথিবীদা মশীং য়াম্না য়ামদে। থবক শুরিবা মীশিং অসিনা মতীক চানা লৌশিং শিংলবদি মতম পুন্নমক্তা

ইনাক খুনবনা মপু ওইনা লৈবা যারোই। থবক শুবিবশিংনা ভাব তারকপা মতমদা শেলনা অচুম্বা মফমদা লৈগনি, থবক শুবা মীশিংগী শোয়দবা থাজবা অমা ওইগনি। থবক শুবশিং অসিনা শেলদগী হেন্না মরু ওই।

থবক শুরিবশিং অসি শেল্লেপ (কেপিটেল) মখল অমনি। থবক শুবিবা মুপা অমগী শেল্লেপতি মহাক্কী থবক শুবিবা অদুনি। করিগুম্বা মতম্দা সনাগী পৈশা অদু মগল লৈতবা য়াই করিগুম্বা মদু পীদুনস্থ থবক শুবিবশিংনা থবক শুবিযু য়াদ্রবদি। মবম অদুনা থবক শুহল্লিবা অমস্তুং থবক শুরিবা অনি অসি অমনা অমগী মতেং ওই।

থবক শুরিবশিং অসিনা কেপিটেলদগী য়াম্না হেন্না মরু ওই। থবক শুবিনবা অসি লৈত্রবদি সনা লুপা মণিমুক্তা পুম্নমক অবেম্বনি। মসিনা শেল্লেপ্পুগী মমল হেল্লি। অদুবু হৌজিক্কী সমাজদি মসিগী ওন্না তৈনবা ওইনা থোকই। শেলনা পুম্নমক্কী মথক্তা লৈ। মসিগী মবমদি থব. শুরিবশিং অসি লৌশিং রাৎপদগীনি। থবক শুবিবশিং অসি লৌশিং রাৎপদা নত্তনা মখোয অমগা অমগা অমুক তিন্নবা য়াদে। মসিনা মখোয়গী মপাঙ্গল অসি অমুক হেন্না শোন্থহল্লি। থবক শুহরিবশিং অদুনা মখোয়শিং অসিবু তিন্নহন্দনবা তৌই। থবক শু.িবশিং অসিনা অহিংসাবু থাজবা রাৎলি। মসিগী ফল ওইনা থবক শুবিবশিংনা রাবিবনি। করিগুম্বা থবক শুবিবশিং অসি অমত্তা ওইনা পুন্দূনা অহিংসাবু নিঙথিনা থাজববদি শেঙ্গাও পাযবশি অসিগা রাখল পুম্নমক অরেম্বদা তাগনি।

গান্ধীজীনা শেঙ্গাও পায়বশিং অসিদা থবক শুরিবা মীশিংবু ইকাই খুম্নবা অতুগা মখোয়বু লুনা ফজনা তৌবিনবা হায়জগনি।

থবক শুবনা ষ্ট্রাইক তৌবা অসি পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা তৌনরি। অতুবু গান্ধীজীগী মত্তদি অহিংসানা তৌবা পাম্মী। হৌজিক তৌনরিবা ষ্ট্রাইক অসিদি মযামগী অফবা ওইরোই। লেবর অমসুং কেপিটেল অনিগী মরক্তা অফবা মরী অমা পুরকপা ওম্মোই।

# ১০

মেচিন হায়বসি হৌজিক প্রকৃতিগী শক্তি অমগুম্না লৌবা য়াই। মসিনা মীওইবদা অঙকপা শক্তি পী অমসুং প্রকৃতিগী ওইবা শক্তি ফাওবা লাকশিনবা ঙম্মী। মেচিনগী মতেংনা মী খবতনা মযাম্বু ঙাকপা অমসুং মাযথীবা পীবা ঙম্মী। অদুবু গান্ধীজীগী মত মতুংইন্নদি মেচিনগী শক্তি অসিদা অঙকপা, থাজবা অমত্তা লৈতে। অদুগা মেচিনগী অচৌবা শক্তি অসি চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচং অমগুন্নসু লৌবা পামদে।

মীওইবদা প্রকৃতিদা থাজবনা হেন্না ফৈ। ঙসি নোংচুপ-লোমগী সাইন্সকী মরমদা চাউখৎলবা লৈবাকশিংনা অনৌবা লম্বী অমা থিবা পাম্মী। মসিনা মমাংঙৈগী ইচম চম্বা লৌশিং লৈ-ত্রিঙৈগী ৱাখল অদুদা হুঞ্জিনসি হায়বগী ৱা নত্তে। মীওইবগী শা-ঙাগী ওইবা শক্তি অমসুং পোৎকী মিহৌবা ৱাখল পুন্নমক অসি ধর্ম্মগী অমসুং আত্মাগী মথাদা থম্বা পাম্মী।

নোংচুপলোমদগী চেল্লকপা অৱানবা ৱাখলনা ঐখোয়বু লম-জিংহল্লোইদবনি। নোংচুপলোমদা অফবা ওইবা হীবম কয়া অদু ভারতদি অফবা ওইদে। জাতি খুদিংগী মশা মশাগী ওইবা

তোপ তোপ্পা গুন লৈজে। ভারতকীসু মশাগী তোংঙানবা গুন লৈজে। মরম অদুনা ঐখোয় ঐখোয়গী অৱা-নুংঙাই কয়াদগী ঙাকথোক্নবা ঐখোয়গী লম্বী অমা থিজবা য়াই ভারতনা মহাক্কী ইতিহাসতা অকনবা নোংলৈ নুংশিং কয়া থেংনখ্রে। খুদোং-থীবশিংগী খুদম অমমম মতমগী মতুংইন্না মাঙখি। খুদোংথীবশিং অসি চহি কয়া কয়া খাঙদুনা লাকলবনি। ভারত তোঙান তোঙানবা মওংগী চাওখৎপা কয়া হৌখ্রে, কয়া তুমখ্রে। ভারতনা অসিগুম্বা মতমগী কল্লবা ঈচেলগী মাইয়োক্তা মহাক্কী কুইরবা চৎনবী অমসুং সভ্যতাবু ঙাক্তুনা থমই মতুদা অরানবা অমসুং শেরান্ননা থাজবা কয়া যাওববসু।

ঙসি নোংচুপলোমদগী পোৎকী পেনবা নাইদ্রবা অমসুং মতুনা পুন্নমক্কী মাঙ-তাক্নবা লাল পুবল্লিবা অদুগুম্বা চাওখৎপা অদু ভারতনা মতৌ তম্লোইদবনি। নোংচুপলোমগী চাওখৎপদি সহর-গীনি মখোয়গী সভ্যতাসু, সহরগীনি, মখোযনা মফম পুন্নমক্তা সহর ওইনবা হোৎনৈ। অদুবু ভারতকুম্বা মশীং লাকঙমদ্রবা মীনা লৈবা শুঙ্গংগী ওইবা কুইববা লোনচৎ কয়া চৎলবা লমদদি নোংচুপলোমগী মতৌ তম্বদা কান্নবা লৈতে। ভারতা অফবা অদু মী অমদা হু ওইবা যাই। যান্না ঈংবা মফমদা লৈবা মীশিংদদি শামতুগী ফি অসি চঙদবা য়াদ্রবা পোৎ অমনি অদুবু অশাবা লমদা লৈবা মীদদি মসি থোইনা কান্নবা লৈতে। ভারতপু ইংলেণ্ডগুম্না শেমগে থল্লবদি ভারত অসি ইংরেজীশিংগী চাক্তাভম ওইদুন। লৈগনি। নোংচপলোমগী দেশশিংনা অতোপ্পা (আফ্রিকা অমসুং

এশিয়া ) দেশশিংবু য়েন্নহুনা মখোয়গী চাক্তাফম শেমলি । ভারত অসি মতম কুইনা মখোয়গী চাক্তাফম ওইহুনা লৈরকলবনি । অহুবু ঐখোয়না মখোয়না তৌরিবা অহুদা য়াবিদ্রবদি মখোয়না করি তৌবা ঙমগদগে । নোংচুপলোমদা মেচিনগী মতেংনা পোৎ কয়া পুথোক্লে । কান্নবা কয়া তৌরে । অহুবু মসিনা মখোয়গী ফগৎহনবগী মহুত্তা লায়না অমা ওইরে । মসিনা অফবা লম্বী অমা পুথোকপা ঙমল্লে ইন্দষ্টি য়াম্না চাওখৎপা হায়বস্থু অরাবা অমনি মসিগী ফত্তবা কয়াস্থু লৈ ।

# ১১

ভারতনা অতোপ্পা চাওখৎপগী ঈচেল অমু থিংবা ঙম্বগী শক্তি লৈ মরমদি মহাক্না মহাক্কী বুইরবা সভ্যতা অমু চেৎনা লেপ্পুনা লৈরি। মসিদা ঙসি ফাওবা মহাক্কী সভ্যতা অমু অহোংবা লৈতে হায়বদি নত্তে।

ভারতকী লাইরবা অসি মুখৎপা হোৎনগদবনি। অমুবু ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবদি মসিগী অরাবা কোক্লবা অমা ওইরোই।

ইংলেণ্ডগুম্বা ইথৎ-মচা অমনা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎপদা পৃথিবীগী মী কয়াবু য়োৎঙিলং থাংহনা থম্মী। ভারতকুম্বা মী কোটি কয়ানা লৈবা লৈবাক অসিনা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎলবদি পৃথিবী অসি কয়া রাগনি কয়া মাঙহনগনি।

ভারত্তদি মী ১০০গী মনুংদা ৯০দি খুঙ্গংদা লৈ। মরম অমুনা গান্ধীজীনা ভারত অসি নোংচুপলোমগী দেশ অতৈগী মতৌগুম্না শেম্না পামদে খুঙ্গ'শিংনস্, নোংচুপলোমগী মতৌ তম্নগে খল্লোইদবনি।

ইন্দষ্ট্রিলিজম অসি মীওইবদা শাপ অমগুম্নলে। জাতি অমবু জাতি অমনা মতম পুম্নমক্কী নমথহনা থম্বা অসি ওইথোক্তে।

ইন্দষ্ট্রিলিজম অসিদি অতোপ্পা লৈবাকশিংদা পোৎ য়াম্না য়োনবা ওম্বা শক্তি অতুদা লৈ ।

ইংলেণ্ড অসি মহাক্কী কোলোনি (লোইচনবা লৈবাক) শিং অসি মাঙখ্রবা মতুংদা মহাক্কী ইন্দষ্ট্রি অসি নোংম্ নোংমগী লৈখা তাৎরকই অমসুং থবক ফংদবা মীগী মশীং হেনগৎলকই ।

ভারতকুম্বা মশীং লাকওমদ্রবা মীনা লৈবা লৈবাক অমনা ইন্দষ্ট্রি চাওখত্তুনা অতোপ্পা জাতিশিংবু নমথনবা হোৎনরবদি পৃথিবীদা অরাবা অমা ওইগনি । মরম অতুনা গান্ধীজীনা ভারতপু ইন্দষ্ট্রি চাওখৎহনবা পামদে । অতুগা ভাবতনা ইন্দষ্ট্রি চাওখৎলবদি অতোপ্পা লৈবাক বৃটেন, ইটালি, আমেরিকা, রুশিয়া অসিনচিংবা লৈবাক কয়াগা লাল তৌনবা তাই । মসি গান্ধীজীনা পামদে। লৈবাক অমা ইন্দষ্ট্রি চাওখত্তবা য়াদে হায়বা অসি থাজদে । ভারত্তদি ইন্দষ্ট্রি অসি থোইনা কান্নবা লৈতে । স্বরাজ ফংলবা ভারতনা য়াম্না অচম্বা অমসুং অরাংবা সভ্যতা অমা অরাবনা থল্লবা পৃথিবী অসিদা মাগী খুঙ্গং কয়াদা লৈরিবা খাংপোকশিং অসি চাওখৎহন্দুনা পৃথিবীদা শান্তিগী থবক পুরকপা অতুদা গান্ধী-জীনা থাজৈ । ঐখোযনা পুকচেল শেংনা চুম্না লৈববদি য়াম্না অরাংবা অরেম্বা পুন্সি ফংবা যাই ।

# ১২

গান্ধীজীদা হংঙি "নঙ মেচিন অসি শুকপাম পামদব্রা ?" গান্ধীজীনা খুম্মী—"কবিগী পামোইদোবিবনো, হকচাং অসি ফাওবা মেচিনগী অমোংপা শরুক অমনি, তবেং অসি মেচিন অমনি, চৈ মতেক অসি মেচিন অমনি ।"

গান্ধীজীনা পামদবদি মেচিনগীদমক্তা ঙাওবা অদুবুনি । ঙাওদুনা মীশিংনা মেচিন অসিবু থবক শুবা মশীং হন্থনবনি (saving labour) তাগৈর অদুগা মী লিশিং থবক ফংদদুনা চানিংঙাই তানবা ফংদদুনা চক হেন্দনা শিবি । গান্ধীজীনা পৃথিবীগী লল অসি মী খবদগী মথক্তা পুনশিন্দুনা লৈবা পামদে । মী পুন্নমক্কী মথুক্তা লৈবা পাম্মী । হৌজিক মেচিন্না মী খরদবু ময়ামগী মথক্তা লংডাইনা লৈবদা মতেঙ পাংঙি । মবম অদুনা মখোয়না মেচিনবু যাম্না পাম্মীদা অদু মান্নুংশি খঙদুনা তৌবা নত্তে, মীহৌ চাউব-দগীনি । মবম অদুনা গান্ধীজীনা মখোয়গী মাইযোক্তা মাগী শক্তি পুন্নমক্না লোযননা লাল শোক্লবা পাম্মী ।

গান্ধীজীদা হংঙি—"নঙনা লাল শোক্লবা পাম্মিবা অসিদি মেচিনবু নত্তে, মতুঙ লান্না শক্তিন্নবিবা অদুবুরা ?"

গান্ধীজীনা খুম্মীঃ—"হোয়, অতুবু মতুগী প্রথক্তা সাইন্সকী অনৌবা পুথোকপা পোং পুন্নমক অসি মীওইবগী মীহৌবগী খুৎলাই অমা ওইহল্লোইদবনি। মেচিন্না মীওইবদা অপনবা পীবগী মহুত্তা মীওইবগী মতেং ওইবা পাম্মী। অতুগা মেচিনবু পুমমাং মাঙহনবদি পামদে। মেচিনবু মীগী ফনবগীদমক্তা চাং নাইনা শিজিন্নবা পাম্মী। পুন্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না থুনা খনগদৌবদি মী হায়বা জাৎ অসিদবুনি। মীগী মেচিনগী শরুক অমা ওইনা লৌবা পামদে। মেচিনশিং অসিবু য়াম্না মীওইবগী অফবা মওংদা শেন্দোংগী নত্তনা মীহৌবগী মহুত্তা নুংশিবনা মরম ওইনা শিজিন্নবা পাম্মী। অশুম্না তৌরবদি ললগীদমক্তা ঙাওবসি ফরক্কনি। থবক শুরিবশিং অসিদা মুমিৎ খুদিংগী ওইনা অশুমন ফংবদা নত্তনা অফবা থবক অমসু ফংগনি অসিগুম্বা মওং অসিদা চংথতুনা মেচিন অসি মীগী মতেং পাংবা অমা ওইনা থমগদবনি।

মেচিন্না মীওইবগী হকচাং অসিবু পীকশিনহনবা পামদে। অতুবু মেচিন অসিদি চঙন্দ্রবা য়াদ্রবা পোৎ অমনি। মীওইবগী কান্নবা পুথোকইবা মেচিনশিং অতুগীদমক্তা গান্ধীজীনা থাগৎলি। অতুগুম্বা কান্নববা মেচিনশিং অতু ষ্টেটকী ওইনা লৈবা মী খরদগী নুংঙাইনবা হোৎনবা ওইনা থমদবা অদুগা মদুনা মীশিংবু থবক্তগী তাম্মোকপা তৌরোইদবনি।

ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা যুগ অসি মেচিনগী যুগ হায়না লৌনৈ মবমদি ঐখোয়গী শেল থুম্নগী ফীভম অসি মেচিন্না লেপ্পী। মেচিন হায়বসি করিনো হায়না কনাগুম্বনা হংবা য়াই? ভাব

অমদা মী অসি খ্বাইদগী ওকপা মেচিন অমনি হায়বা য়াই। অদুবু গান্ধীজীনা মেচিন হায়দুনা শিজিন্নরিবা অসিদি মী অমসুং অতোপ্পা শাশিংনা তৌবা থবক অদু মেচিন্না তৌবা অদুবুনি।

মেচিন্না অশুম অশুম চাওখৎপগী খোঙচৎ অসি ওম্নখে লৈতে মসিনা থবক শুরিবা পুম্নমকপু থবক ফংহল্লক্কবা য়াই। মেচিন অমনা মী চামা চামনা তৌবা থবক অদু তৌদুনা মেচিন কয়া থমদুনা মী কয়া কয়াগী থবক ফংহল্লক্কবা য়াই। মতৌ অশুম্না থবক ফংদবা মীগী মশীং অসি য়াম্না য়াম্নকপা য়াই। গান্ধীজীনা খা-অফ্রিকাদা লৈরিঙৈদা মেচিনগী চাওখৎপগী থবক অসি উকুরগা নুংঙাইবগী মহুত্তা য়াম্না নুংঙাইত্তবা অমা পুক্নিংদা ফাওই।

মীবু থবক ফংহল্লরোই হায়রবদি মেচিন শিজিন্নবা অসিনা খ্বাইদগী হেন্না লায়বা মওংনি। গান্ধীজীগী মত মতুং ইন্নদি মীগী মরক্তা খেন্নবা থমদ্রবদি মেচিনগী মফম লৈতে। অদুগা মহাক্না সমাজদা করিগুম্বা অকায়বা অমত্তা পুরক্তে। মফম চানা শিজিন্নদ্রবদি মেচিন্না নুংঙাইবা পুরকপগী মহুত্তা অরাবা পুরক্কনি। মেচিনগী সমাজদদি খ্বাইদগী মতীক চাবা অদুনা নুংঙাইনা লৈহৌবা তাই। অশোনবা লাইরবগী মফম লৈতে। অসিগুম্বা মওং অসি গান্ধীজীনা নীংতমলবা ভারতদি ওইহল্লিংদে। অদুগুম্বা নীংতম্লবা ভারত অদুদি খ্বাইদগী হেন্না শোনবা অতোনবা মীশিংগী মফম নিংথিনা পীগদবনি।

মী থরনা গান্ধীজীবু মেচিনগী মরম্মদা শেরান্ননা লৌই। মহাক মেচিনবু পামদবা মী অমা নত্তে। মহাক্না পামদবদি মেচিন শিজিন্নদুনা থবক শুবিবা মীশিংবু থবক ফংহন্দবা অদুবুনি। মেচিনগী

অয়াওবা থবক অদুদা গান্ধীজীনা অঙকপা অমত্তা লৈতে। মেচিন থমত্নুা মীবু থবক ফংহন্দ্রিবশিং অদুগা তিন্নবা পামদে। অদুগা থবক শুজবা মতেং পাংবা মেচিন মচাশিং অদুবুদি গান্ধীজীনা য়াম্না পামজে।

মেচিনগী শুফম লৈ মসি মীওইবগীদমক্তান। অদুবু মসিনা মীবু থবক ফংহলোইদবা অদুদি তৌরোইদবনি। গান্ধীজীনা ভারতকী থাংপোক কয়াদা শিজিন্নরিবা অপীকপা মেচিনশিং অসি ফগৎহনবা য়াম্না পাম্মী। ভারত্তা ঐখোয়গী লৌউবা প্রজাশিং অসিনা অতোপ্পা থবক অমা তৌনবা লৈত্রিবা মতম অসিদা অচৌবা মেচিন পুরক্কুনা যুমদা লৈজরিবা ইন্দষ্ট্রি মচা মচাশিং অসি থুগাইগে খল্লবদি মদু অচৌবা পাপ অমা ওইগনি।

মেচিনশিং অসি মতম পুন্নমক্তা মীগী মতেংগীদমক অমসুং কান্নবগীদমক শিজিন্নগদবনি। অদুবু হৌজিক্তি মেচিনশিং অসি মী থরনা লল অসুম পৈশিন্নবগীদমক্তা শিজিন্নরি।

## ১৩

গান্ধীজীগী মত মতুং ইন্নদি অচুম্বনা য়ুম্ফম ওইবা রাজনিতিক অতু তৌবা পাম্মী। রাজনিতিক্তা ধর্ম্ম, লমচৎ অমসুং অচুম্বগী মফম লৈতে হায়বশিং অতুদা করম্বা ধর্ম্ম লমচৎ অমসুং অচুম্বনো হায়না হ বা পাম্মী। গান্ধীজীনা রাজনিতিক্তা ধর্ম্মগী রাযম অমসুং অচুম অরানগী রা অসি পুশিল্লকবা হোৎনরম্মী। ধর্ম্ম য়াওদবা রাজনিতিক অতুদি থোইনা অর্থ লৈতে। ধর্ম্ম পুন্নমকপু য়াবা ধর্ম্ম অমা গান্ধীজীনা পামজৈ। লমচৎ য়াওদবা রাজনিতিক্তি ঐখোয়না থাদোক্কদবনি। সমাজ অসিদা মানা হিংতুনা লৈরিবা মখৈ ফত্তবশিংদগী লাপ্না লৈগনি।

কনাগুম্বনা গান্ধীজীবু বাজনিতিক্তগী থাদোকলো হায়না হায়। মসি মানা য়ানিংবা রাফম নত্তে। মসিনা মাগী খ্বাইদগী পামজবনি। মহাক্কী রাজনিতিক্তি ধর্ম্ম অচুম্বা লমচৎ অমসুং অহিংসানা ওইগনি অচুম্বা য়াওদনা ভারতকী নীংতম্বা অসি ফংগদবগী শরুকপুদি ভারত অসি মাঙখিবনা হেন্না ফৈ হায়বসি মহাক্কী মতনি। মহাক্কী রাজনিতিক্তি মনুং মপাল খায়দে। ঐখোয়গী লমচৎ লৈত্রবদি ঐখোয়গী লৈবাকসু মাঙলবনি।

কনাগুম্বা লমচৎকী রাফম অসি রাজনিতিক্তা থোইনা কান্নবা

লৈতে ঙায়। নোংচুপ লোমদদি লমচৎ য়াওত্ৰবস, মখোয়গী লৌশিং অমসুং পাঙ্গলগী শক্তিনা মখোয়না থবক অতু পাঙথোকপা ঙম্মী অতু ভারতস, অসুম্না চত্থরবদি ভারতকী কংগ্রেসশিং অসি লমচৎ লৈত্রে অতুবু কংগ্রেসকী পাউজেলদি অরাবা খাঙহুনা অচুম্বা তৌহুনা মহাক্কী লমথুংফম অতু য়োনবা হোৎনগদবনি। মসিদা ঐখোয়না থাজরবদি মসিনা খ্বাইদগী হেন্না পাম্বা লম্বীনি। ঐখোয়না ভারতপু য়াম্না নুংশিগদবনি অতুম ওইনম্মক অতোপ্পা জাতি অমগী মাঙনবদি থক তৌরোইদবনি। মহাক্না মজাতি অমসুং মরৈবাকপু য়াম্না নুংশিজে অতুবু অতোপ্পা লৈবাক্কী মাঙনবা অমসুং রানবদি করি অমত্তা তৌবা পামদে। মহাক্কী লৈবাক নুংশিবদি মী পুম্নমক্কী অফবা অতুনি। মহাক্না মী পুম্নমক অসি মচিন-মনাওগুম্না লৈবা পাম্মী। মীশিংগী মরক্তদা নত্তনা পৃথিবীদা লৈরিবা থরাই পানবা জীব পুম্নমক য়াম্না নুংশিননা লৈবা পাম্মী। ঐখোয় পুম্নমক ঈশ্বরনা শেম্বনি য়াম্না নুংশিননা লৈগদবনি।

মহাক্না লৈবাক নুংশিবা অসি মী নুংশিবগা চপ মান্নে। সনাজবু থাদোকপা হায়বা রাফম অসি গান্ধীজীনা কৈদোন্নুংদা য়াদে। মহাক্না মরৈবাক নুংশিবা অসি ভারতকীদা ওইবা রাফম নত্তে, পৃথিবী পুম্নমক্কীনি। মহাক্না হায়জে "ঐনা অতোনবা মী অমা ওইবনা ঐনা ঐগী শক্তি অতু থঙজে, মরম অতুনা ঐনা ঐগী লৈবাক্কী থবক অতু তৌরগা অপেনবা ওই অতুগা অতোপ্পা লৈবাক অমদা মাঙনবা অমত্তা তৌরোই।

মহাক্কী মত্তা মরৈবাক নুংশিবগী রাখল অতু য়াওদনা পৃথিবী পুম্নমকপু নুংশিবা হায়বা রাফম অসিদি ওইথোক্কবনি। ঙসি

পৃথিবীদা জাতি অমনা জাতি অমবু নমথরগা চাওখৎনবা কন্না হোৎনরি। মসি মতম কুইনগী ওইনা চৎপা য়াবা থবক অমা নত্তে। ভারতবাশিশিংনা পৃথিবীগী শান্তিগীদমক্তা অতোপ্পা লম্বী অমা থিগদবনি। ভারতনা অচৌবা চাওখৎপা লৈবাক অমা ওইদুনা মীয়ুংশিগী থবক অদু তৌগদবনি। মসিনা লৈবাক অমগা অমগা য়ুংশিদবা মরী অদু হন্থরক্কনি।

মহাক্না ভারতকী স্বরাজ অসি পাম্মী। মসিগীদমক্তা মহাক্না লাল শোক্লরি। অদুগা স্বরাজ ফংলবা ভারত অদুনা পৃথিবীদা অরাবা পুরকপা অমা ওইরোইদবনি।

ভারতবাশিশিংনা মরৈবাক য়ুংশিবা অসি ভারতকিদা ওইরোই-দবনি। মীহোৎচাওবা অমসু ওইরোইদবনি। মসিনা পৃথিবীদা অফবা য়ুংঙাইবা পীবা লৈবাক অমা ওইহনগদবনি।

গান্ধীজীনা ভারত অসিবু পৃথিবী পুম্নমক্কী য়ুংঙাইনবগীদমক্তা চাওখৎপা পাম্মী। অদুবু অতোপ্পা লৈবাকশিংবু মাংহন্নবগীদমক্তা চাওখৎপদি পামদে।

হৌজিক জাতি অমনা জাতি অমবু য়ুংশিন্নি তুকৎচরি। অসিগুম্বা রাখল অসি অসুক্কী মতীক য়াম্না লৈরিবা মখৈ পৃথিবী অসি চাওখৎপগী মতুংদা অসুম অসুম লৈখা তারক্কদবনি। অসিগুম্বা জাতি অমগা জাতি অমগা য়ুংশিনদবা অসিদা কান্নবা অমত্তা লৈতে। মসি ভারতকী মীয়ুংশিগী মরমদা পৃথিবীদা অনৌবা পাউজেল অমা পুরক্নবগী খুদোংচাবনি। ভারতনা ইতিহাসতা অনৌবা লমায় অমা হাংদোক্কনি।

স্বরাজ ফংলবা ভারত্তা ইংরেজীশিংবু লোইনা তাম্নোকপগী রাফম লৈতে। মহাক্না ভারতপু স্বরাজ ফংহনবা পাম্মী অদুগা অতোপ্পা দেশশিংবু ভারত্তগী করিগুম্বা খর তমহনবা পাম্মী। মতুনা মীওইবা জাতিগীদমক্তা কনবগীদমক্তা। ঐখোয়না ঐখোয়গী জাতি অমসুং ইরৈবাক মুংশিবদা অতোপ্পবু ভুকচবগী রাফম অসি থাদোক্কদবনি। ঐখোয় পুন্নমক মী ওাক্তনি। মহাক্না ভারতবাশি-শিংনা অতোপ্পদগী হেল্লি হায়বসি পামদে। ঐখোয়গী মরক্তা অফবা ফত্তবা কয়া লৈ। মহাক্না ভারত্তা লৈরিবা মী খুদিংমক্না পৃথিবীদা লৈরিবা পুন্নমক্কী ফনবা থনবা পাম্মী।

# ১৫

গান্ধীজীনা শেল থুম অমসুং ধর্ম্মগী রা অনি অসিসু য়াম্না থাপনা থম্বা পামদে। করিগুম্বা লৈবাক অম্নগী শেল-থুমগী অবস্থা ফনবা হোৎনবদা অতোপ্পা লৈবাক অমগী য়াম্না মাঙবা ওইরবদি মহু লমচৎ য়াওদবনি অমসুং পাপনি হায়না গান্ধীজীনা লৌই। গান্ধীজীনা য়াম্না অফবা পোৎ ওইরবসু মহু লৌরুবদা ঐখোয়গী লৈবাকী পোৎ মাঙগদবা ওইরবদি অদুগুম্বা অফবা পোৎ অদু লৌদবনা হেন্না ফৈ হায়না লৌই। মসিদা গান্ধীজীনা অতোপ্পা দেশকী পোৎ ওইরবদি হেক্তা পামদবগী রা নত্তে। খুদম ওইনা হায়রবদা ভারত্তা শাউন মরাং কায়না ফংঙি মগম অদুনা ভারত্তা শাবা খোঙউপ অদু হেন্না মশকথীরবসু, ফবা রাৎলবসু মমল তাওবা ওইরবসু অতোপ্পা দেশতগী থারকপা অফবা অহোঙবা লৈবদগী ভারতকীদু লৈবনা হেন্না ফৈ। মসিনা অশেংবা দেশপুসুংশিবনি। ঐখোয়না ইংলেণ্ড, জাপাননচিংবদগী মেচিন্না শাবা অহোঙবা ফি অদু লৈদুনতা লৈরবদি ঐখোয় অসি অসুম মাঙদুনা লৈরগনি। মদুগী মহুত্তা ঐখোয়গী খুঙ্গংদা মী কযাগী থাংপোক্তা শারিবা ফি অদু লৈদুনা শিজিন্নরবদি ঐখোয়না মতম বুইনা হিংদুনা লৈবা ঙমগনি।

গান্ধীজীগী মত মখুং ইংলন্দি লাইরিক্তা লৈরিবা ইকোনোমিক্সকী লো পুন্নমক অসি মফম অয়ান্দা, মতম অমান্দা পানশিনবা ফাদে। লৈবাক খুদিংগী তোঙান তোঙানবা মওং লৈ। পুন্না ওইনা হায়রবদা ফ্রী ট্রেড অসি ইংলেণ্ডগুম্বা লৈবাকদি কনখ্রবানি অদুবু ভারতা অসি চংপা তাক্লবদি ভারত অসি মতম পুন্নমক্কী ওইনা মীমাই ওইহনা লৈগনি। ফ্রী-ট্রেড অসি ভারতদি শাপ অমগুম্বনি। ইংলেণ্ডগুম্বা লৈবাকীদি অতোপ্পা জাতিবু মাঙহন্না চাওখৎনবা হোৎনবনি।

তারক্তি মতু পামদে মরম অদুনা ভারতনা স্বরাজ ফংবা জাতি অমা ওইরবদি মহাক্কী তোঙানবা অতোপ্পা মাগা চানবা খোঙচৎ অমা লৌগদবনি।

মতম অমদা ভারত অসি মহাক্কী মরম মখুমগীদমক্তা চাউরিং চৎলম্মী। পৃথিবী পুন্নমক্কী মিতাফম ওইরমই। অদুগুম্বা মতম অদু হৌজিক হৌখিদুনা য়াম্না অরাবা অনংবা লৈবাক অমা ওইররে। অদুম ওইনমক হৌজিকসু মমাংঙৈগী চাউখোকচনিংঙাই ওইবা ভারত অদু ওইহনবা য়াই। মী অসি অহিংঙবা মেচিন অমগুম্না লৌদুনা ভারতকী মী ক্রোর ক্রোর অসিনা মহাক্কী প্রকৃতিনা পীবা পোৎশিং অসি নিঙথিজনা শিজিন্নদুনা থবক তৌরবদি ভারত অসি কঙ্গবা মফম অমা ওইগনি। অদুবু হৌজিক্কি অসিগুম্বা মশীং য়াঙমদ্রবা মী—মেচিনশিং অসি থবক শুবা ফংদদুনা অরেম্বদা মাঙদুনা লৈরি ভারতবাশিশিংনা মমাঙঙৈগী মাঙখ্রবা খুৎশা হৈবগী থবক অদু অমুক নিঙথিনা হিংগৎনবা হোৎনগদবনি অদুগা মতুদগী থোরকপা পোত্থোকশিং অদু মতীকচানা য়োনফম পীনবা হোৎনগদবনি।

মচুভদা ভারতনা মমাংঙৈগী ফজবা ফীভম অমসুং হঙ্গিনবা ঙমগনি।

নোংচুপলোমগী সভ্যতাগা নোংপোকলোমগী সভ্যতাগা য়াম্না খৈদৈ। অয়াম্বনা কদায়দা থেন্নবগে হায়বতু খঙদে। অদুবু মুম্ন য়েংশিল্লবদি মরম পুন্নমক থেন্নৈ হায়বা য়াই। আমেরিকাগুম্বা মী খরদা লৈবা লম য়াম্না চাউবা লৈবাকশিংদদি মেচিন অসি শিজিন্নবা য়াই অমসুং মসি চঙদবা য়াদবা মচাক অমনি অদুবু ভারতদি থোইনা কান্নবা লৈতে। ভারত্তা থবক শুনবা মী মশীং লাকঙমদনা লৈ। মসিদা মীগী মেচিন্না তৌবগী কান্নবা লৈতে। কনাগুম্বা অমনা চাক চানবা মেচিন পুথোক্লুনা খুৎনা চাবগী মহুত্তা মেচিন্না চাবা তৌরবদি চাবা অদুগা মুংঙাইবা অদু মাঙথিগনি। মতৌ অসুম্না ভারত্তা মেচিনগী কান্নবা কয়া লৈতে। ভারতনা লাইরবগী মরম্মদি মাগী কুইরবা ইন্দস্ট্রি অদু মাঙথিবননি।

গান্ধীজীনা ভারতকী ইকোনোমি অসি অসুম্না শেম্বা পাম্মী মতুদা মী পুন্নমক চাবা অমসুং থবক নিংথিনা শুবা ফংনবা মওংদা ঈশিং মুংশিৎ অসি মী পুন্নমক্তা ফংবা অদুগুম্না মীওইবগী হিংবদা চঙজবা য়াজবা পোৎশিং অদু ময়ামগী মখুত্তা থমগদবনি। মী খরদগী মখুত্তা লেঙদনা লৈরবদি য়াম্না অৱাবা অমসুং চুমদবা অমনি।

# ১৬

মীওইবনা অহানবদা তৌগদবা থবক অসিদি মহাক্কী য়ুমলোন্নবা লৈরিবশিং অত্তুগা নিঙথিনা চান্নবা লৈমিন্নবা অদুগা মখোয়গী অফবা তৌবা অসিনি। মসিনা অরাপ্পদা লৈববু মুংশিদবা তুকচচবগী রা নত্তে। মীওইবগী থবক তৌবা ঙম্বগী শক্তি অসি য়াম্না পীকই। মরম অদুনা কনাগুম্বনা মহাক্কা নক্না লৈরিবশিং অদুবু নিঙথিনা তৌরবদি মহাক পৃথিবীদা মীওইবগী সেবা তৌবা মী অমনি হায়না লৌবা য়াই।

কনাগুম্বনা মাগী লৈফম অদু থাদাক্তুনা মীগী সেবা তৌবা কোয়না চৎলি। মদুবু লাল্লি হায়বা নত্তে। মী পুম্নমক মানা মানা ঙম্বা মথৌংদা জীববু সেবা তৌগদবনি।

গান্ধীজীদা অনকপদা লৈবা পোৎ অদু তোক্তুনা অরাপ্পদা লৈবা পোৎপু পাম্বা তৌদে। গান্ধীজীগী মত মতুং ইন্নদি অনকপদা লৈবদা পোৎপু য়োকখৎপা হায়বসি মহাক্কী জাতিবু মুংশিবনি হায়না লৌই।

গান্ধীজীগী মত্তি ভারত্তা ফংদবা পোৎশিং অদু পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্কী চিংনবা লৈতনা লৈগনি অদুগা ফনা ফবা ফন ফজবা ওইদুনন্মু ভারত্তা ফংবা ফী অদুদি অতোপ্পা লমদগী মচেৎ অম্না

ফাওবা লৈরোই। মরমদি মতুনা ভারতকী মী কয়াদা ফত্তনবা তৌগনি। ভারতকী লায়রবশিংনা খুৎনা শাবা ফি অতু লৈদতুনা ইংলেণ্ডনা শাবা অফবা ফি লৈটুনা শিজিন্নরবদি ভারতকী মীশিংগী মফমদা অচৌবা পাপ অমা তৌরবনি।

তরেং ( Charkha ) গী মতেংনা য়ান্না অরায়বা মওংদা ভারত বাশিংশিংনা শেল থুমগী মবমদা ব্রাবা অসি ফংনবা ঙংগনি হায়না গান্ধীজীনা থাজৈ। ভারতকী য়ুম খুদিংদা চঙক্রবা য়াক্রবা পোৎচং অমনি। মসিনা জাতিগী চাওখৎপগী খুদমনি। মসিনা লল্লোন ইতিক তৌনবগী মহুত্তা য়াম্না শান্তি ওইবা মওংদা লল্লোন-ইতিকী চাওখৎপা পুরকই। মসিনা জাতি অমদা করিগুম্বা মাঙনবা অমত্তা পুবক্কে মতুগী মহুত্তা চাওখৎপা অমস্তুং মশানা মশাবু মতেং পাংজবনাচিংবা পাওজেল অতু পুবকই। য়ুম খুদিংদা চাক থোংবগুম্না লং নাইবগী ব্রাখল অতু পুরকই। মসিদা অরানবা কয়া য়াওরম্বা য়াই মতুবু গান্ধীজীনদি তরে গী থবক অসি য়াম্না চাওখৎহনবা পাম্মী।

বৃটিশশিংনা ভারত্তা পান্দ্রিঙৈগী মমাঙদা ভারত্তা অহাঙবা মতমদা তরেঙ নাইবা অসি নুপীশিংগী অরেম্বা থবক ওম্না ওইনা লোনরম্মী। মতৌ অতুগুম্না তরেংগী থবক অসি হিংগৎহনগদবনি। ভারতকী নীংতম্বা অসি মতুগী মথা পোল্লি।

ভারত্তা মতীকচানা চাবা ফংদ্রিবা মী লাখ লাখশিং অসি নিঙথিনা চাবা ফংলবা মতমদা মপুঙ ফাবা স্বরাজ ওইগদবনি। থন্দুনা যেংশি ভারতকী মী লাখ কয়া অসিমা থবক শুবা ফংদতুনা চাবা ফংদতুনা শিববদি কয়া অৱাবা অমদি অমাঙবা ওইগদবগো।

মখোয়দদি চিঙ্গাক্লা ঈশ্বরনি । মমিগী চিঙ্গাক অসি ঈশ্বর ওইনা উগনি । অতোপ্পা পৃথিবীগী মীজাবা বযা মখোয়না উবা ঙম্মাই । মখোয়গী মফমদা ঈশ্বরগী ফজবগী ঙাওবদা থোইনা কান্নবা লৈতে ।

# ১৭

ঈশ্বরনা মীওইবসি থবক তৌনবা শেমলকপনি। কনাগুম্বনা থবক কম্নি অমত্তা তৌদনা চাহুনা লৈরবদি মহাক অহু হুমানবগুম্বনি। ঐখোয়না তম্মুনা লৈরবদি ঐখোয়গী স্বরাজ অহু অর্থ লৈতে। গান্ধীজীনা মীপুমতিংনা তম্নেং অসি শিজিন্নবা হায়জরি। মসি শিজিন্নরবা মতুংদা মীশিংনা থবক শুবগী অরম্বা অহু খঙবা ঙম্মগনি।

অমেরিকাগী লাইরিক ইবা মুপা অমনা ইবি মহুদি খুংনা শুবগী ফজবা অহু খঙবা ঙম্লবদি জাতি অহুগী তুংগী লম্বী চাওখৎপা ওইগনি। মেচিনশিং পুথোক্কনা মমল য়াম্লবা থবক শুনবা মী-মেচিনশি অসিবু মাঙহল্লি। ঈশ্বরনা মীওইবনা থবক য়াম্না তৌবা পাম্মা তবেং শিজিন্নবা হাযবসি খুৎনা নোম্বগী লংলবা খুম অমনি। মসিগী কান্নবা অসি ইউরোপ্তা লৈরিবা মীশিংদি খঙদবা য়াই। মরমদি অতোপ্পা জাতিবু মাঙহনবা হায়বনি মখোয়গী ধর্ম্মনি। অহুবু মতম কুইনা অম্সুম্না লৈবা য়ারোই মসি অরান্নবা ধর্ম্মনি নোমা শোয়দনা মাঙগনি। অতোপ্পা জাতিশিংনা মখোযবু নমথরগলবা মতমদা তরেংগা অচুম্বা কাম্নবা অহু খঙবা ঙম্মগনি।

গান্ধীজীনা তবেং অসিবু মমাংলৈগী যাম্না তাঙলবা কামধেনুগুম্না লৌই। মসিনা ভারতপু লায়বনা কোকহনগনি। মী মশীং

লাকওমত্রবস্থু মসিনা থবক পীবা ওম্মী। থবক লৈত্রবা মুপা মুপী পুম্নমক তম্নেং নাইবা য়াই। তম্নেংদগী থোকপা পোৎশিং অহু নিওথিনা শিজিন্নববদি চম্না লৈহুনা য়াথল য়াংনা থনবা ওম্মী। তম্নেং অসিনা ভারতকী মুংওাই য়াইফবগী থুংমনি। ভারতকী থুঙ্গংদা লৈরিবা মী কয়ানা তম্নেং অসি শিজিন্নহুনা ভারতপু চাওথৎপগী থাক্কা থম্বা ওমগনি।

সহম্না লৈরিবা থম্ন অসিনা থুংসংদা লৈরিবা কয়াবু ইউরোপ অমসুং আমেরিকানা এশিয়া অমসুং আফ্রিকাগী মথক্তা লৈবগুম্না লৈরি। অহুবু থুসং অসি চাওখংপা মতম অমা লাক্কনি। মহু তরেংগী মতেংনা ওইগনি। মহুনা ভারতকী চাওথৎপনি, ভারতকী স্বরাজনি। গান্ধীজীনা পুম্নমক্কী স্বরাজদা থাজৈ। মহাক্কী মত মতুং ইন্নদি তরেংনা লৈথা তারবা জাতি পুম্নমকপু ওাক্কনি। অহুগা স্বরাজ হাযবসি মশানা মশাবু ওাকচবগা লৈ। কনাগুম্বা অমনা মশাবু নিওথিনা য়ারকচাবা, লমচৎ নাইরবা, অরানবা তেঁত্রবা অহুগা ইপা, ইমা, ইচিন ইনাও য়ুমলোন্নবা পুম্নমক্তা নিওথিনা চৎপা ওমলবদি মহাক কদায়দস্থু লৈসনু স্বরাজ ফংলবনি।

স্বরাজ অসি ইংরেজী কয়া হাংলগা ফেক্তুরি কয়া থুগাইরগা ফংগদবা নত্তে। সনা লুপা কয়া পৈশন্দুনা লিংগদবা নত্তে।

ভারতনা শোয়দনা স্বরাজ ফংগনি মহু অচুম্বা অমসুং অহিংসানা লৌগদবনি। মহুদা স্বরাজ অহু অশেঙবা স্বরাজ ওইগনি। স্বরাজ অহু হীংসানা অমদি ইন্দৃষ্টি চাওথৎহন্দুনা লৌবা তৌরোইদবনি। মতম অমদা ভারত অসি ফিদমনফম ওইবা লৈবাক অমা ওইরম্মী

মরমদি মতম অদুগী ভারতবাশিশিং অদু ফজবা পুকচেল চেনবননি।

মমাংঙৈগী ভারত অদু অসুম লৈরি অদুবু ফজবা পুন্নমক্তি মাঙখ্রে, মরমদি হৌজিক্কি ভারতবাশি অয়াম্বনা ফজবা পুকচেল অদু চেন্দ্রে। ঐখোয় অয়াম্বনা অচুম্বদা থাজরবা অদুগা অযুবা পুকচেল অদু চেল্লবদি ভারতকী স্বরাজ অদু ঐখোয়না শেমনিংবা মওংদা শেম্বা ঙমগনি।

গান্ধীজীনা স্বরাজ হায়নদি ভারত সরকারগী অসি ভারতা লৈরিবা মীশিংনা অসিনা ভোট তৌদুনা ময়াম্না খনবা অর্থুনা পুবা অদুবুনি। পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাকশিং অসি মপুঙ ফাবা মনিঙ মথা তম্বা লৈবাক অমমম ওইবগী মহুত্তা লৈবাকশিং অসি অমগা অমগা মতেং পাংনবা মরী লৈনবা অচৌবা ফেদবেসন অমা শেম্না পাম্মী। গান্ধীজীনা ভারতকীদমক য়াম্না দাবী তানবা পামদে।

মহাত্মা মপুঙ ফাবা স্বরাজ হায়বদি তোংঙান্না লৈবগী রা নত্তে। লৈবাক অতৈগা যাম্না চান্নবা মরী লনবা লৈবা পাম্মী।

# ১৮

ভারতনা স্বরাজ ফংলবা মতুংদা ভারত সরকার অসি খ্বাইদগী হেন্না চাউরবা কাংবু অতুনা পাযগনি হায়নৈ। খ্বাইদগী চাউরবা কাংবুদি হিন্দুনি। অদুবু গান্ধীজীগী মত্তদি মুসিদগী হেন্না লানম রাখেল অমা লৈত্রে। অয়াম্বা কাংবুনা সরকার অসিগী মপু ওইগনি হায়রবদি স্বরাজগী অর্থ লৈত্রে। মপুং ফাবা স্বরাজ ওইরবদি মী খুদিংমক মান্নবা মওংদা লৈগদবনি। অকনবা সরকার অমা ওইহনগে হায়রবদি মদুবু ময়াম্না পাম্বা অমসুং ঙাকশেনবা সরকার অমা ওইহনগদবনি। সরকার অদুবু অয়াম্বনা পাম্নরবা মতমদা লৈবাক অদুগী মপুঙ ফাদ্না স্বরাজ ওইগদবনি। স্বরাজ হায়বদি ময়াম্না য়াবা সরকার লিংবা অদুবুনি। মী খরদনা শক্তি শিজিন্নদুনা সরকার লিংলবদি মদু স্বরাজ নত্তে। অমবোমদা স্বরাজ অসি ময়াম্বু লাইরিক হৈহন্দুনা ভাব তাহল্লগা ফংবা য়াই।

গান্ধীজীনা খঞ্জরিবা স্বরাজ অদুদা ধর্ম্ম অমসুং তোংঙান তোং-ঙানবা কাংবুগী রাফম লৈতে অদুগা লৌশিং লৈবা পৈশা পায়বা খরদগী ওইগনি হায়বা অমত্তা য়াওদে লাইরিক হৈত্রবসু জাতিগী য়াম্না মরু ওইবা মীশক অমা ওইবা য়াই। ঙমলবদি গান্ধীজীনা হরিজন মুপীমচা অমা কাওবা ভারতকী রাস্ত্রপতি ওইহল্লিংঙি।

স্বৱাজ ফংলবা ভারত অদুদা ভারতকী ৱাস্ত্রপতিনা ইংরেজী খণ্ডবা য়াদে হায়বা ৱাফম লৈতে।

মপুঙ ফাবা স্বৱাজ অদুদা হিন্দু মুসলিম সিখ, লম লৈবা লৈতবনচিংবগী ৱাফম অমত্তা য়াওদে। অচৌবা কাণ্ডবুনা অপীকপবু লৈহৎপগী ৱাফম অমত্তা য়াওদে অচুম্বা অমস্তুং অহিংসানা য়ুম্ফম ওইদুনা লাইরবা ইনাকখুনবা পুম্নমক মান্ননা থমগদবনি। অদুগুম্বা স্বৱাজ অদুগী মথাদা মী অসি অমগা অমগা য়েন্নবা ওইদবা অৱা অনা অসি য়ারিমখৈ মশীং হন্থহনগদবনি। কনাবুশু চাকনিবা ওইহন্দনবা হোৎনগদবনি। থবক শুরিবা মীশিংদা মতীক চানা শবক শুবা ফংহনবা অদুগা য়ু থকপা জৱার শান্নবা লমচৎ নাইদবশিং-গীদি মফম লৈতব। অদুগুম্বা স্বৱাজ অদু গান্ধীজীনা পাম্মী।

ইনাকখুনবশিংনা মাগী মবল অদু ময়ামগী অফবগীদমক্তা শিজিন্নবা অদুগা হিন্দু মুসলিম শোকপা য়াবা য়াদবা পুম্নমকী ৱাফম অসি লোৎথোকপা অদুগা অতোপ্পগী অধিকারদা অমনা অপনবা পীদবা মপুঙ ফাবা সরকার অম্মা ওইহনবা পাম্মী।

অহিংসানা য়ুম্ফম ওইবা স্বৱাজ অদুদি কনাগুম্বনা মহাক্কী অধিকাব অদু খণ্ডত্রবস্থ মহাক্কী মথৌদি শোয়দনা খঙগদবনি। স্বৱাজ য়ায়বসি মী খুদিংমক্তা মানা মানা তৌগদবা মথৌ অদু নিঙথিনা তৌৱবা মতমদা ফংগদবনি।

অশেংবা অধিকারগী হৌৱকফমদি মথৌ খণ্ডবা অদুনি। ঐখোয়না ঐখোয়গী ইখৌ অদুনা নিঙথিনা তৌরিমখৈ অধিকারস্থ লাপ্পুনা লৈগনি।

করিস্ত তৌদনা অধিকাব অদু থিৱবদি ফংবা ঙম্মোই।

থবক্কা ঐখোয়না তৌগদবনি মতুগী মহয়দি ঈশ্বরদা শিল্পগদবনি। থবক তৌবা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌনি অদুগা মহয়না ঐখোয়গী অধিকারনি। থবক্তি তৌদনা অধিকারদমক তাল্লবদি য়াম্না খুদোং চাদবা অমা থোক্কনি। মপুঙ ফাবা অধিকার পুম্নমক ঐখোয়না নিঙথিজনা ইথৌ অদু তৌরবা মতুংদা ফংগদবনি।

## ১৭

অচুম্ববু অমসুং অহিংসাবু নিঙথিনা থাজরবা মতমদা ঐখোয়না রাম রাজ্য "ফিদম্নফম ওইবা লৈবাক" অদু ফংবা ঙমগনি। ভারতনা অচুম্বনা অমসুং অহিংসানা স্বরাজ অদু পুররক্লবদি অতোপ্পা চাওখত্তবা লম্ম পুম্নমক্কী লমজিং মৈরা পুবা ওইগনি। অতোপ্পা অপীকপা অশোনবা জাতিশিংনা মখোয়গী নিঙতম্বা অদু মাঙগনি হায়বগী চিংনবা পোকলোই।

গান্ধীজীনা খঙ্গরিবা রাম-রাজ্য অদুদি ইংরেজী লাম্মীশিং অসি লৌথোক্লগা ভারতকী লাম্মী অমুক থম্বগী ৱাফম নত্তে। করিগুম্বা লৈবাক অমদা লাম্মী য়াম্না থল্লবদি লৈবাক অদুগী মোরেল য়াম্না ৱাংবগী ৱা লৈতে।

মহাক্কী রাম্ম-রাজ্য অসিদি হিন্দু-রাজ্য ওইগনি হায়বগী ৱাফম

নত্তে। ৱাম-ৱাজ্য হায়বদি অচুম্বগী ৱাজ্য হায়বনি ম্রগোন্দা ৱাম-ৱহিমগী থেন্নবা অমত্তা লৈত্তে। মহাক্না পাম্বা ৱাম-ৱাজ্যদি ধর্ম্মগী ৱাকন্নদা য়েংলগা পৃথিবীদা লৈবা লাই-লৈবাক অমা ওইহনবা অচুগা ৱাজনিতিকী মওংদা য়েংলগা জাতি কাওবু মুপা মুদী পুন্নমক্কী মরক্তা থেন্নবা থম্নদবা মপুং ফাবা ডিমোক্রেসি অমা ওইবা অচুনি। অসিগুম্বা ষ্টেট অদুদা অচুম্বনা অমসুং অহিংসানা য়ুম্ফম ওইদুনা মীপুম তিংনা পেন্না অমসুং মুংঙাইনা লৈগনি। অসিগুম্বা মঙ অসি নোংমা পৃথিবীদা লৈনবা হোৎনগদবনি।

ৱাম-ৱাজ্যদা মীওইবনা য়াথিমথৈ মশাগী ওইজবা থাদোক্কদবনি অদুগা মশা মশানা মশাবু ৱারক্কুনা অকনবা নিয়ম অমা চৎকদবনি। কনাগুম্বনা নিঙতম্বা ফংনিংলবদি মশাবু অহানবদা ৱাবক্কুনা নিযম নাইহনগদবনি। মীগী মওং অমসুং লমচৎকী মতুংইন্না সরকার অদু লিংই। মীশিং অদুনা লমচৎ নাইদ্রবা ফত্রবদি সরকার অদু পুরিবা ( থবক তৌরিবা ) মীশিং অদু ফত্তে অমসুং লমচৎ নাইদে। মরম অদুনা মশানা মশাবু অহানবদা যাম্না নিঙথিনা ৱারকদবনি। মীশিংগী নিয়ম নাইবা অসিনা স্বৱাজ ওইবগী অহানবা মচাকনি। মীশিং ( প্রজা ) অদুনা অফবা ওইরবা মতমদা সরকারগী থবক তৌরিবা মীশিং অদু প্রজাগী অমদি লৈবাক্কী সেবা তৌবা মী ওইগনি। মদু নত্রবদি কর্ম্মচারিশিং অসিনা প্রজাগী মথক্তা তোংদুনা অচুম অৱান অমদি ইকাইবা খঙদনা লৈবাক্কী মাঙনবা তৌবা মশাগী ওইজবদা য়েংবা মীওইনা লৈগনি। জাতি অমবু চাওথংহন্নগে হায়ৱবদি অহানবদা জাতি অদুগী লমচৎ ব্যবহার নিয়ম পুন্নমক

নিঙথিনা ঙাক্কদবনি। মসি য়াওদ্রবদি রাম-রাজ্যগী রাখল অহু অহাঙবা মম্মল লৈতবা অরেম্বা মঙ অমা তাগনি।

## ২০

গান্ধীজীনা পামজবা ফিদম্নফম ওইবা লৈবাক অহুদি রেলরে হোসপিটাল, মেচিন পুম্নমক অসিগী রা থোইনা লৈরোই। ভারতনা অতোপ্পা লৈবাক্তা খুৎ থিংজিল্লোইদবা মরম্না লান্মী য়াম্না থম্বগী কান্নবা লৈরোই। আইন অমসুং কোর্টকী রাফম থোইনা লৈরোই। মবমদি মশানা মশাবু আইন ইন্দুনা থমজগনি। মানা মানা মীঙোন্দা অপনবা পীদনা অপাম্বা তৌজবা ওহুগা অচম্বা খদর শেত্তুনা অহাওবদা হিপ্তুনা য়াম্না চম্না নুংঙাইনা পুন্সি লেনবা পাম্মী। অহুবু অসিগুম্বা গান্ধীজীনা পামজবা ফিদম ওইবা লৈবাক অমা ওইগে হায়বসি ভারতনা হোৎনদে।

গান্ধীজীনা রেল হোসপিটাল মেচিন পুম্নমক অসি মুথৎলসি হায়বগী রাফম নত্তে। পুম্নমক অসি মীওইবগী কান্নবগীদমক্তা শিজিন্নসি হায়বনি। স্বরাজ ওইরগা মী নারোই হাযবা রা লৈতে। অহুবু হোসপিটালশিং অহু চুম্না নাজরকপগী য়েংনবা ওইনা লৈবা অহু নওহুনা য়াম্না হেন্না নুংঙাইথোকপদগী নারকপা অহু য়েংনবগী

ওইনা লৈবা পাম্মদে। খুদম ওইনা হায়রগা ময়াইকাবা য়াম্না চাবদগী নাবকপা অদুগুম্বা য়েংনবা নত্তবা। ৱেল্লনচিংল্লা অসি মতম পুম্নমক্তা লালনচিংবগী মীবু নমহৎনবগী ওইনা শিজিন্নদবা লাম্মী খরদমক থম্বা অয়াম্বনা ভলুন্টিয়াব ওইনা থম্বা। মীশিংনা লেতহুনা খদরমচেৎ অমা শেৎপগী ৱাফম নত্তবা যুম লৈতহুনা লমহাংদা হিপ্পগী ৱাফম নত্তবা চুম্না পুম্নমক অদু মীওইবগী শান্তিগীদমক্তা ওইনা তৌবা।

গান্ধীজীনা হায়জবম্মী কবিগুম্বা মহাক্না ভারতকী নিংথৌরেল ওইবয়বদি মহাক্না পৃথিবীদা লৈরিবা মী খুদিংমক জাতি-বীজাতি ধর্ম্মগী, কাওলুপকী ৱা য়াওদনা পুম্নমকপু মরুপ ওইনা তিম্নবা হোৎনগনি।

ভারতকী লাম্মী অমত্তা থম্লোই। লৈবাক ঙাকপগী পুলিস খরদমক থমগনি। ভাবত্তা লৈরিবা অতোপ্পা (ইউৱোপকী কুম্বা) জাতি পুম্নমকপু ঙাক শেনগনি। খদব চাওখৎনবগীদমক্তা মীরৈবা-ক্তগী লাকপা ফিশিংদা খাজনা য়াম্না লৌগনি। ময়াই কাবা পোৎ অমত্তা মপান্দগী পুশিল্লকপা য়ারোই। হিদাকীদমক্তা নত্তনা হেন্না শুংবা য়ারোই। ধর্ম্ম পুম্নমকপু ঙাক শেনগনি। ময়ামগী ওইবা মফম, লাইশং স্কুল পুম্নমক্তা হরিজনশিংবু অথিংবা লৈতনা চঙহনগনি। নিংথৌরেল ওইরবদি তৌগদবা থবক য়াম্না লৈ অদুবু ওইরোইদৌবনিনা খর অসি হায়রগা মাগী ৱাখল অদু ময়ামদা খঙহল্লি। স্ববাজ ফংলবা ভাৱত অদুদা মী পুম্নমক মাল্লনা থম্বা পাম্মী। অদুগা ইরৈবাক্কী অমসুং মীরৈবাক্কী হায়বা ৱাফম অদু থাদোকপা পাম্মী।

# ২১

স্বরাজ ফংলবা ভারত অহুনা য়াম্না ফজনা পঞ্চায়তি রাজ লিংগদরবনি। মত্থ লিংবা মতম্নদা হিংসাগী এক্ষম থম্মোইদবনি ময়াম্না যাবা মওংদা তৌগদবনি। মসিনা ফরবা অত্তকী মতীক প্রজাগী অফবা ওইগনি। মহাত্মা লাম্মী য়াম্না কনখৎহনবগী মহুত্তা মোরেল য়াম্না রাংহনবা পাম্মী।

পঞ্চায়তি রাজ অসি মমাঙতৌদগী হৌনা লৈরকলবনি ইংরেজশিংনা মাঙহনখিবনি। পৃথিবীগী দেশ কয়ানা অপুনবা শক্তি অমা থম্নবা লাক্নরি। ভারতস্ম য়াম্না লায়রবস্থ খুদোংচানবগীদমক্তা অপুনবা শক্তি লিংনবা হোৎনগদবনি।

কো-ওপরেটিপ লিংবা মতমদা অহিংসানা লিংগদবনি। পাঙ্গল অমদি শক্তিনা কো-ওপরেটিপ লিংবা ঙম্মোই। মী পুন্নমক কাঙবু কাঙলুপ নাইদনা মরুপ মপাং শাহুনা থবক থানা পুন্নমক্তা পুন্না তৌমিন্নহুনা কো-ওপরেটিপ লিংগদবনি।

ভারতবাসি অয়াম্বা খুঙ্গংদা লৈ। নোংচুপলোমগী মতৌ ভম্বা সহর খরা অতুদা লৈতে। ভারতকী মশীং লাকওমল্লবা খুঙ্গং মচা মচাশিং অতুদা গান্ধীজীনা খুন্দাহুনা লৌনিংঙি। খুঙ্গংশিং অসিগীদমক্তা মা হিংলিবনি। খুঙ্গংশিংবু শুৎপা হায়বসি হিংসাগী

থবকনি। ভারতনা স্বরাজ ফংলবদি খুঙ্গংশিং অসিবু নিঙথিনা শেমগদবনি। খুঙ্গংশিং অসিনা সহরগী মপালতাংবা অমগুম্না লৈরোইদবনি।

সহর হৌগংলকপা অসি মীওইবগী লাইবকথীবনি। সহর কয়া অসি খুঙ্গংদা লৈরিবা মী কয়াগী হুমাং মমলনা শেমখ্রিবনি। হৌজিকসু সহরদা লৈবা কয়ানা খুঙ্গংদা লৈবা কয়াবু ওংলি। গান্ধীজীনা সহর অমসুং খুঙ্গংগী য়াম্না ফজবা মরী অমা পাম্মী। ভাবতকী সভ্যতা অসি মমাংঙৈদগী হৌনা খুঙ্গংগী সভ্যতা ওইরকই। ভারত অসিগী পাকচাউবা হৱা সুংশিৎ পুন্নমক অসি য়েংলুরবদি গান্ধীজী মত মতুং ইন্নদি খুঙ্গংগী সভ্যতা ওইযু হায়না লাইবক্তা তমলমলবনি। মসিগী অকাযবা অশোয়বা কয়া লৈরমগনি।

ভাবতকী মী অশুক য়াম্বা অসিবু সহরদা লোইনা লৈবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। খুঙ্গংদা লৈরিবা মী অয়াম্বনা করি তৌগদগে করি তৌরগা চাওখৎকদগে হায়বা খঙদে। মখোয়শিং অসিবু সহরদা লৈরিবা মীশিংনা য়াম্না নিঙথিনা লমজিংবিগদবনি। খুঙ্গংশিং অসি যেংবদা ফজবা মফম অমা ওইগদবনি।

খুঙ্গংশিং অসি মাঙলবদি ভারত অসি মাঙলবনি। মহাক্কী লাইবক্তি খুঙ্গংশিং অসিনা লেপকদবনি। হৌজিক্কি মতৌ অসুম্না খুঙ্গংশিংনা লৈবা হাযবা অসি ভারতকী অমাঙবা অমনি। ভারতপু সুংশিবা মী পুন্নমক্কী অহানবা মথৌদি খুঙ্গংশিং অসিবু চাওখৎনবা তৌগদবনি। খুঙ্গং খুদিংদা কবি, যুমশাবা, লাইরিক হৈবা মখল মখলগী মী মরাঙ কায়না লৈনবা হোৎনগদবনি। হৌজিক্তি ভারতকী খুঙ্গং অয়াম্বা ফত্তবা পৈবা মফম ওইনা লৈরি। মখোয়শিং

অসি স্বর্গগী ওইবা লৈকোল অমমমগুম্না শেমগদবনি। খুঙ্গংশিং অসি ফিদমনফম ওইবা মওংদা থমগদবনি। খুঙ্গংদা লৈরিবা য়ুম কৈ পুম্নমক মতীকচানা মঙাল ফংহনগদবনি। লম্বী খোং মতীক চাহনগদবনি। গম্নাম অপুনবগী ওইবা লাইশং শনজাঙ্কুং মফম থমগদবনি। অদুগা থংনবা পুম্নমক খুঙ্গংগী পঞ্চায়েটনা লেপকদবনি।

## ২২

গান্ধীজীগা মত্তা মহৈ তম্বা হায়বদি অঙাং ওইরিঙৈদগী অহল ওইরকপা ফাওবদা হকচাং পুক্নিং ৱাখল পুম্নমক অসি মপুঙ ফানবা হোৎনবা অদুব মহৈ তম্বগী লমথুংফম নত্তে। অহোবা ফাওবা নত্তে। মসিদি চুম্না মহৈ তম্নবগী মবম অমনি। গান্ধীজীনা অঙাংশিংবু খুৎ-শা হৈহন্দুনা মহৈ তম্বীবা হোবা পাম্মী। অসিগুম্না মওংদা পুক্নিংগী অমসুং আত্মাগী চাওখৎপা ফংগনি। মসিদা ইতিহাস অমদি ভুগোল তম্বগী ৱা যাওবোই হাযবা নত্তে।

ঐখোয়না হৌজিক লাইবিক তম্নিবা মওং অসি হোংদোকপা তাই। খুৎ অসি লাইবিক তম্বগা লোয়নবা নিঙথিনা শিংহনগদবনি। মসি য়াওদ্রবদি লাইবিক হৈবা অদুদা ফজবা অমত্তা য়াওদে হাযবা য়াই মহৈ হৈবদা শিংনবা হকচাংগী কয়াৎ পুম্নমক

তম্বীগদবনি। মহৈ তম্লগা অচুম অরান খেন্নবা খঙবা ঙমদ্রবদি মহৈ তম্বগী কান্নবা লৈতে।

খুং-শা হৈহন্দুনা অঙাংশিংবু মহৈ তম্বীবা মতমদা সাহিত্যশু তম্বীগদবনি। অঙাংশিংদা হকচাং শাজেন, খুৎশা হৈবা লাইয়েকপা ইশৈ শকপা পুন্নমক নিঙথিনা তম্বীগদবনি। অঙাংশিংবু অতোপ্পা লমগী লোল তমবদা য়াম্না ৱাহনবা অদু তৌরোইদবনি।

গান্ধীজীনা প্রাইমারী এডুকেসনবু য়াম্না মরু ওইনা লৌই। ভারতকী মফম পুন্নমক্তা প্রাইমারি এডুকেসন অসি পৈশা তিংদনা তমহনগদবনি। প্রাইমারীগী ষ্টেজ অসি লোইবা মতম্দা ইংরেজি কয়া য়াওবা হৌজিক্কা মেট্রিকুলেট অসিগা মান্ননা থমগদবনি।

অদুগা হৌজিক্কী প্রাইমারী তমলিবা অসিদি মাঙনবগী মশকনি। গান্ধীজীদি ওজাগী তলব অদু ছাত্রশিংগী খুৎশুমল অদু পীবা পাম্মী। মহাক্না "নাই তালিম" হায়বা ভারতকীদমক ওইবা অনৌবা এডুকেসন অমা পুবকপা পাম্মী। মদুনা পুক্রিং অমসুং হকচাংবু মান্ননা ৱেন তৌগদবনি। মসিনা নোংচুপলোমগী মহৈ তম্লিবা অসিগা য়ামনা খেন্নগনি। মসিগী মরুওইবদি য়ারিমথৈ মশানা মশাবু মথেং পাংজনবা হোৎনবা অদুনি।

মথৌ অসুম্না ইউনিভরসিটিগী মওংশু হোংবা পাম্মী। হৌজিক্কি ইউনিভরসিটিদগী থোরকপা ছাত্রশিংনা থবক ফংনবগীদমক ঙাওদুনা লৈরি। অদুবু অনৌবা মওং অদুগী মতুং ইন্নদি সরকারগী থবক তৌবা ফংদ্রবসু খরাবা লৈতবা মখুৎনা নোম্বা অদুগুম্বা এডুকেসন অদু পীনবা শেমদাকপা পাম্মী।

# ২৩

গান্ধীজীনা ভারত অপুন্বগী ওইবা লোল অমা লৈবা পাম্মী। মত্থু ভারতকী স্কুল খুদিংদা তম্মদবা য়াদবা বিষয় অমা ওইনা তমগদবনি। অত্থুবু অত্থুগুম্বা জাতিগী লোল অত্থু ইংরেজীনা ওইগে হায়রবদি অৱাবা, শাশিন্নবা অমা ওইগনি।

জাতিগী লোল অমা ওইগে হায়ৱবদি মখাদা পীরিবশিং অসি দরকার ওই।

১। কর্ম্মচারিশিংনা লায়না খঙবা।

২। মত্থুনা ধর্ম্মগী রাজনিতিকী পুন্নমক্তা শিজিন্নবা য়াবা।

৩। ভারতকী মী অয়াম্বগী লোল ওইবা।

৪। ভারতকী মফম পুন্নমক্তা তম্বদা লায়না থোকপা ইংরেজী লোলদি মবমশিং অসি নত্তনা য়াওদে। মরম অত্থুনা ভারতকী মী অয়াম্বনা খঙবা হিন্দিনা ওইগদবনি। মসিনা ভারতকী তোংঙান তোংঙানবা লোলশিং অত্থু মুখৎলি হায়বগী ৱা নত্তে। মখোয় অত্থুগী মথক্তা হিন্দি অসি তমসি হায়বনি। ভারতবাসিশিংনা অপীকপা তোংঙান তোংঙানবা লম অমসুং লোলগী ৱা থাদোক্তুনা জাতিগীদমক্তা অপুনবা অমা লৈনবা হোৎনগদবনি। গান্ধীজীনা খা-ভারত্তা লৈবা মীশিংগী মফমদা ইংরেজীগী ৱাফম অসি হৌদোক্তুনবা হায়জরি।

# ২৪

জাতি অমা ওইগে হায়রবদি কবম্না ওইগদগে করম্না চাওখৎক-দগে ? গান্ধীজীদা মসি অকুবা ৱাহং অমা নত্তে। ঐখোয় পুন্না অৱা নুংঙাইদা শরুক য়ামিন্নবা মযামগী ওইবা লমথুংফম অমা থম্বা অদুগা ঐখোয়গী অপুনবা অদু চুম্নদা পুনবা নত্তবা থৱাই থৱাইগা য়ানদুনা পুনবা। ভারত্তা লৈবা হিন্দু মুসলিম কাংবুশিং অসি য়ানদ্রবদি ভারতকী মপুঙ ফাবা স্ববাজ অসি ওইখোড্রোই।

মহাত্মা হিন্দু মুসলিম অসি পৃথিবীদা লৈবিবা শক্তি অমত্তনা খৎনহনবা ভমদনা চান্ননা লৈবা অদু পাম্মী। ঐখোয়না ভারত্তা হিংদুনা লৈবগা অমগা অমগা তিন্নবা য়াদ্রবদি হিংদুনা লৈবগী কবি কান্নগনি। কনাগুম্বা হিন্দু অমনা মুসলিম অমা খৎনরগা মাগী ধর্ম্মগীদমক্তনি অমস্তুং ধর্ম্মদা অফবা তৌরে হায়না খল্লবদি মহুদগী ভেন্না অরানবা ৱাখল অম্না লৈত্রে অদুগা মুসলিমশিংনা হিন্দুবু নুংশিদবদগী শন হাংলবদি যাম্না অবানবা অমা ওইগনি। ঈশ্বরবু থাজদুনা অসিগুম্বা অরানবা ৱাখলশিং অসি থাদোক্কবা গান্ধীজীনা হায়জবি। অদুগা কাঙলুপ অনি অসি তিন্নবা য়াদ্রবা কাঙলুপনি হায়না লৌবা অসিসু য়ামনা ইকাইহনিংঙাইহনি। হিন্দুনা মুসলিমবু থাজদ্রি অদুগা মুসলিমনা হিন্দুবু থাজদ্রি। মসিদা অশাঙবা

মতুনা অতোংবা কারি লৈবগে ? ঈশ্বরবু থাজরবদি অমা অমবু থাজগদবনি অমসুং মুংশিনা লৈমিন্নগদবনি !

ভারত্তা লৈরিবা কাংবু খুদিং পুম্নমনা অচোবা জাতি অমা শেমগনি হায়না য়াম্না কন্না থাজে। মসিদা খুদোংথীবা কয়া লৈরবস অপুনবা জাতি অমা ওইনবা কন্না হোৎনগনি। মসিগী খুদ্দগী অপম্বা লম্বীদি অহিংসানা পুরকপনা ওইগনি। গান্ধীজীনা কাংবুশিং অসি পুন্নবগীদমক্তা ইশ্বরদা প্রার্থনা তৌরি অমসুং মসিগীদমক্তা মানা হিংবা পাম্মী।

হিন্দু মুসলিম শিখ পুম্নমক ইমা ভারত মাতাগী মচা ওাক্কনি। ঐখোয়না পুন্না ইমা অছুবু সনমান তৌবা পুজা তৌবা অসি ঐখোয় পুম্নমক্কী ইথৌনি। ভারত্তা পোকলিবা ঐখোয় খুদিংমক ইমা অমত্তগী মচানি। কাংবু অমনা কাংবু অমবু য়েক্লবনি হায়না খনবা অসি অরানবা অমনি।

## ২৫

জাতি অমা লৈরবদি ফিরাল অমা লৈগদবনি। মসিগীদমক লৈবাক কয়াদা মী কয়া মশীং থীওমদনা শিরি। ফিরাল অমা জাতি অমগী ফিদমনি। ভারত্তা লৈরিবা হিন্দু মুসলমান, শিখ

কাঙবু খুদিংমক্কা অপুনবগী ওইবা ফীরাল অমা থম্মগদবনি মতুংগীদমক্তা শিগদবনি। হিন্দু মুসলিম পুম্নমক্কী ধর্ম্মদা অকায়বা অমত্তা লৈরোই। ১০. ভারত অসি জাতি অমা ওইনা তরেঙগীদমক্তা শিবা ঙমগনি। তরেংগী পাউজেল অসি তাবদা ভারতকী নুপী পুম্নমক মিৎ পাঙগনি। নুপী পুম্নমক্তা হিংবদা মতেং পীবা অমা ওইগনি। ভারতকী অশুক য়াম্বা মীশিং অসিবু ইন্দষ্ট্রিনা থবক পীবা ঙম্মোই। মরম অদুনা অদুবু তরেং অসি ঈশিংগুম্না চঙদ্রবা য়াদ্রবা অমনি।

# ২৬

কংগ্রেস হায়বা পার্টি অসি কাঙবু অমত্তগী নত্তে। কাঙবু পুম্নমক্কী ওইগদবনি। লৌউবশিংগী নুংঙাইনবা হোৎনবনা পার্টি অসিগী অহানবা থবক ওইগদবনি। পার্টি অসি লাইরবগীদমক্তা ওইগদবনি। অদুবু মসিদা ইনাকখুনবা য়াওহনগুমসি হায়বগী ৱাফম অমত্তা লৈতে। কাঙবু পুম্নমক মী মথল খুদিংমক লাইরবগীদমক্তা থনসি হাযবনি। কংগ্রেসনা অতোপ্পা জাতি অসি তাম্মোক্লগা লৈবাক ঙাকসি হায়বগী ৱা নত্তে, ময়াম্না য়াবা অনৌবা সরকার অমা লিংশি হায়বনি। লান্মী, পুলিশ য়াম্না থমদুনা লৈবাক ঙাকপগী মচুত্না ময়াম্না য়াবা লমচৎ নাইবা ৱায়েল অমা পুরকসি

হায়বনি। লাম্মী য়াম্না থমদুনা মতুগী মতেংনা লৈবাক ঙাকপগী মহুত্তা মীগী সেবা তৌবনা মক ওইবা সরকার অমা লিংশি হায়বনি।

কংগ্রেসনা হৌজিক্কি সমাজদা চৎলিবা মওংশিং অসি হোংদোক্নবা হোৎনগদবনি। ফত্তবা পুন্নমক মুথত্তুনা ময়ামবু মতেং পাংগদবনি। স্বরাজ ওইবগী নুংঙাইবা অদু লাইরিক লাইশু হৈতবা অরাবা তাববা মী ফাওবা খঙহনগদবনি।

গান্ধীজীনা মফম কয়াদগী তায মতুদি কংগ্রেসশিং অসি মমাংঙৈগী অরাবা থাঙবা মশাগী ওইজবা থাদোকপা হায়বা গুন পুন্নমক অদু হৌজিক থাদোকখ্রে। কংগ্রেস পার্টি অসি হৌজিক মশাগী ওইজবা থিবা, শক্তি পাম্বা অচৌবা ওইনিংবগী মফম অমা ওইরক্লে। প্রজাবু সেবা তৌবগী মহুত্তা প্রজাগী মপু ওইনিংবগী রাখল অদু লাকএ অদুগা কংগ্রেসকী মরক্তা অপুনবা শক্তি লৈত্রে। অসিগুম্বা অসি কংগ্রেসশিংনা অশুম চত্থরকলবদি ঐখোয়না ফংগে হায়না তোল্লিবা লমপুংফম অদু ফংবা ঙম্লোই। তাল্লিবা অদু ফংগে হায়ববদি লৌশিং অমসুং য়ানবা পুকচেল শেংবা দরকার ওই। কংগ্রেসিশিং অসিনা পুকচেল শেংনা হোৎনদ্রবদি মখোয়দগী শক্তিশিং অসি মাঙখিগনি। ইংরেজিশিংগুম্না লোংমৈগী মতেংনা ঙাকপা ঙম্লোই। শক্তি পুম্নমক প্রজাদগী লাকপনি মখোয়না তশেংবা মপুনি। কংগ্রেসনা চহি কয়া সেবা তৌরকপা মরমনা মখোয়বু প্রজানা থাজরিবনি। কংগ্রেসনা প্রজাবু লৌনম তৌরবদি মখোয়দগী শক্তি পুম্নমক মাঙখিগনি।

কংগ্রেসনা হোৎনদুনা ভারত অসি নীংতম্লে মসিনা অরোইবা

য়া নত্তে মসিনা মহাক্কী শাংলবা পুন্সিগী অহোবনি। শেল খুম সমাজ লমচং ব্যবহারগী মরমদা তৌগদবা থবক য়াম্না লৈদ্রি। মসিগী লালফম অসিনা হেন্না চাউবা কান্নবা লানফমনি।

গনতন্ত্র নত্রগা মীয়ামগী স্বরাজ অতু হিংসা অমসুং অরানবা পুরকপা ঙম্মোই। অহিংসাদা তৌরবা মতমদা মী খুদিংমক্কী অপেনবা ওইগনি। অহিংসা অসি কান্নহন্নবা মচাক অমা নত্তে শেমগৎপা শক্তি অমনি। নমতুনা গনতন্ত্র পুরকপনা মীওইবগী অকবা ওইরোই। খুৎলাইগী মতেংনা গনতন্ত্র থমগে খল্লবদি মখোয়শিং অতু অশেংবা গনতন্ত্রগী ফিদম থঙত্রবনি। অহিংসানা গনতন্ত্র লিংগদবনি। অশেংবা গনতন্ত্রদি অহিংসানা পুরকপা ঙমগনি।

লোংচুপলোমদা চৎলিবা গনতন্ত্রশিং অসি চুম্নগী মমিং থোনবদনি। মতুদা গনতন্ত্রগী মচাক থন্না য়াওই। ভাম্নত্তা অশেংবা গনতন্ত্র থমগে হায়রবদি মতুদা হিংসা অমসুং চুমদবা অমত্তা য়াওরোইদবনি। মতুদা খ্বাইদগী শোনবশিং অতুসু খ্বাইদগী অকনবশিং অতুগা চপ মান্ননা অধিকার ফংগদবনি। মসি অহিংসানা পুরক্কদবদি অতুগা সত্যাগ্রহনা ঐখোয়গী খুৎলাই ওইগদবনি।

গনতন্ত্র হায়বসি অচৌবা সংস্থান অমনি। মসিগী ফত্তবা কয়ামুক লৈ। ফত্তবা পুন্নমক কোকহনবদি ঙম্মোই অতুবু হেক য়ারিবামখৈ ফত্তবশিং অতু লৌথোক্লবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়না য়াম্না অথাঙখনবা তমগদবনি। খাঙবা ঙমদবা হায়বসি হিংসা মখল অমনি অমসুং গনতন্ত্র চৎপগী লম্বীদা খুদোংথীবা অমনি। গনতন্ত্রবু থাজবা মী অমা ওইরবদি শোয়দনা লমচৎ অমসুং নিয়ম

নাইবা অমা ওইগনি। জাতি অমা সরকারনা য়াম্না কন্না য়েংশিন্দনা মীশিংনা নিঙথিজনা পানবা ঙমলবদি মতু অশেংবা গনতন্ত্রনি। সরকার হায়রসি মীনা শেম্বনি। অদুবু কনাগুম্বনা আইনবু মথুৎনা হেক্না, শিজিন্নরবদি মতু লাল্লি অমসুং গনতন্ত্রবু সনম্মান তৌদবনি। কন্নিগুম্বা অরানবা ৌলরবদি মতু চুমথোক্লবা সরকারগী মিৎয়েং চিংশিনগনবনি। মীশিংনা পামদ্রবদি সরকার অদু হোংবা য়াই অদুবু সরকারগী থবক চত্থবদদি প্রজানা অপনবা পীরোইদবনি। গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমদদি মী অমগী অপাম্বা অদু ময়ামগী মত মতুং ইন্না চৎকদবনি। কনাগুম্বনা আইনবু মথুৎনা শিজিন্নরবদি ষ্টেট অদু লৈত্রে হায়বা য়াই। মীশিংনা সবকার অদুবু মপাঙ্গল কলহনবা নত্রগা শোলহনবা ঙমগনি অদুবুঃ নিয়ম য়াওদ্রবদি কৈদৌনুংদা চাও-খৎপা ঙম্মোই। মীশিংনা নিয়ম নাইবা অদুগা মানুংশি খঙলিবা মথৈ মীওইবনা নীংতম্না লৈবা ঙমগনি। মী অমনা তৌনিংবা তৌবদা অথিংবা লৈতবা হায়বসিদি লমলক্তা লৈবা শাশিংগী আইন্নি। মীওইবদি কাঙবু নাইনা ভাবা জীবনি মরম অদুনা অদুগুম্বা লমলক্তী ওইবা আইন অদু মীওইবা সমাজদা চৎপা য়াদে। মী খুদিংমক মশা মশাগী দায়িত্ব অমমম লৈগদবনি। হকচাং অসিদা পীকলবা হকচাংগী শরুক অমত্তং নুংঙাইরক্তবদা হকচাং পুম্নমক নুংঙাইতবা য়াওই। মতৌ অদুগুম্না ভারত পুম্বা অসি হকচাং অমা ওইনা লৌরগা মীশিং অসিনা অপীকপা শরুক মচা অমমম ওইনা লৌরবদি কনাগুম্বা অমনা হেক ফৎলক্তবদা হকচাং অপুম্বা অসি নুংঙাইরোই। অশু। লৌগদবনি। পুম্নমক্না ময়ামগী

ওইবা অকয়া অহু তৌনবা হোৎনগদবনি। গনতন্ত্র চৎপা লৈবাক অমাদা মী অমগী মত কোঙদোক্লবা অমসুং থবক তৌনবা নিঙথিনা য়াবা পীগদবনি। মী খুদিংমক শক্তি লৈহনগদবনি। গনতন্ত্রদি পাঙদবা মীশিংগী মফম লৈতে। মী অমগী মমল লৈহনগদবনি মীগী মমল লৈহন্দ্রবদি গনতন্ত্র চৎপগী কান্নবা লৈতে। অদুগুম্না মীশিংনা গনতন্ত্র অদুবুসু মমল লৈতবা তৌহল্লোইদবনি। মী অমা মশানা মশাগী মরমদা খঙবা তমগদবনি।

# ২৭

সমাজদা অহিংসানা অপুনবা শক্তি অমা পুরক্লবা হোৎনগদবনি। অদুবু অঙকপদি হৌজিক্তি হিংসা অসি চত্তবা য়াদবা আইন অমগুম্না তৌবে। ইংলেণ্ড, ফ্রান্স, আমেরিকাদা চৎলিবসি মথোয়না চুম্না গনতন্ত্র কৌজবদনি মুন্না য়েংলুরবদি মসি জর্ম্মন্দগী হেন্না হিংসা তৌবা জাৎনি। হৌজিক লৈবাকশিং অসি অমনা অমদগী হেন্না শক্তি লৈনবা লালগী মাঙতাক্লবগী মশক ওইবা অঙকপা খুদোলাই কয়া শারি। মসি মীওইবগী মাঙনবগী মশক্কি।

গান্ধীজীনা মহাক্কী পুন্সিগী শরুক পুম্নমক অহিংসাগী পাউজেল অসি শন্দোক্নুনা লৈনগনি। কন্নিগুম্বা লৈবাক অমা মপুং ফাজা

স্বরাজ কংগ্রেস হায়রবদি অহিংসানা অচুম্বা লম্বীনি। মাসিনা জাতি অমগা অমগা মুংশিনহনবগী খ্বাইদগী অথোইবা খুৎলাইনি। অহিংসানা নিঙথিনা চৎলবা সমাজ অতুনদি য়াম্না তোম্লবা লাইবক থীগা অছনসু খ্বাইদগী হেন্না মুংঙাইরবা মন্নাইবক ফনবশিং অতুগা য়াম্না নিঙথিনা চান্ননা লৈবা ঙমগনি। অহেনবা অতোনবগী রা থোইনা লৈরোই। থৌনা ফবদনা অহিংসা অসি থন্বা ঙমগনি। মসিবু নিঙথিনা চৎকে হায়রবদি শিবা কিরোইদবনি।

## ২৮

### গান্ধীজীগী রাহং পাওথুম থরঃ—

রাহং —কনাগুম্বনা অশেংবা অহিংসাবু থংবা য়াওব্রা ?

পাওথুম—কনানসু থঙদে, মরমদি কনাসু অসিবু চৎকে হোৎনদে।

রাহং —কনম্না অহিংসা অসিবু রাজনিতিক্তা শিজিন্নগদৌরিবনো ?

পাওথুম—ইমুং মনুংদা শিজিন্নবগুম্না রাজনিতিক্তসু শিজিন্নবা য়াই। মপুঙ ফানদি মসি শিজিন্নবা ঙমদবা য়াই অহুবু হিংলা তৌবা অতুদি য়াম্নিখৈ থাদোকদবনি অমসুং অহিংসাবু ভগ্না ভ.া মপুং ফাবা হোৎনগদবনি।

ৱাহং —নঙনা অহিংসানা লৈবাক ঙাকপা পাম্মি অদুবু আইন পুন্নমক্তি হিংসানা তৌবা ঙাক্কনি।

পাওখুম—আইন পুন্নমক্তি নত্তে। মশানা নশাদা থম্নজবা আইন অদু অহিংসানা ওইগদবনি মদু সমাজদা থম্নবা হোৎনগদবনি।

ৱাহং —নঙনা মদু চৎনবা য়াবা ফিদম অমনি হায়না লৌব্রা ?

পাওখুম—হোয়। অহিংসাবু নিঙথিনা খঙলবদি মদু খয়দি য়াগনি।

ৱাহং —নঙনা খল্লিবা অহিংসা অদুগী গনতন্ত্র অদু মম্মাংঙৈদা থোকখ্রব্রা ?

পাওখুম—মদু ঐ খঙদে। অদুবু মদু থোক্লমদ্রবদি মখোয়না মদু চৎকে হায়না হোৎনদবনি।

ৱাহং —নঙনা সরকার অদু চলাইবা মতমদা অহিংসানা চলাইগদ্রা ?

পাওখুম—কম্নিগুম্বা ঐখোয়গী স্ববাজ অসি মপুঙফাবা অহিংসানা ফংলবদি হায়বদি মী অয়াম্বনা অহিংসা খঙদুনা মদুনা স্বরাজ পুবল্লবদি অহিংসানা লৈবাক ঙাকপা ঙম্নগনি। মী অয়াম্বনা অহিংসাবু মশক খঙদ্রবদি ঐখোম্বনা অহিংসাগী ওইবা স্বরাজ অদু ফংলোই। অহিংসানা ফংবা স্বরাজ ওইরবদি অহিংসানা ৱায়েনবা খুদোংচাদবা অমত্তা লৈরোই। খ্বাইদগী ফবা ষ্টেট হায়বদি গান্ধীজীগী মতুদি সরকারনা ময়ামগী থবক্তা খ্বাইদগী হেন্না য়েংশিন্দবা

অত্তুব্ নি। মহাক্কী মখলদি রাজনিতিক শক্তি ফংবা অসিনা অরোইবা নত্তে। মতুনা মীওইবগী ফনবা হোৎনবগীদমক্তা পাম্বে অমনি। মহাক্কী মত্তা রাজনিতিকী শক্তি হায়বদি জাতি অতুগী ফনবা থবক তৌবা ওন্না অত্তুব্ নি। কনা কনাব্ স্ অপনবা পীবা তৌরোইদবনি।

রাহং —ষ্টেট অমা অহিংসাদনা রায়েনবা য়াগদ্রা ?

পাওখুম—ওন্নোই। মরমদি ষ্টেট অতুদা য়াম্না তোঙান তোঙানবা মী লৈ। হৌজিক্কী মতম অসিদা অহিংসাদনা রায়েনবা হায়বা অতু থাজদে। অতুব্ গান্ধীজীনা সমাজদা অহিংসা পুরকপা ওমগনি হায়না য়াম্না থাজৈ। মতুগী-দমক্তা গান্ধীজীনা হোৎনরি। অসিগুম্বা সমাজ অসি ঙাকপা সরকার অতু হিংসা থোইনা লৈরোই। পুলিস থরতনা ঙাকপা ওমগনি।

গান্ধীজীনা হায় মত্তুদি মহাক্না অহিংসানা চলাইবা হায়রগা পুলিসকী রা য়াওরিবা অসি মপুং ফাদবা অহিং-সানি। অতুব্ হৌজিক পুলিস য়াওদনা লৈবাক ঙাকপা ওমগনি হায়বসি মহাক্না থৌনা ফনা হায়বা ওমদে। মসিগী রাদি মতমনা পুরক্কনি। অতুব্ মহাক্না পুলিস হায়রিবা অসিদি হৌজিকি পুলিসশিং অসিগা য়াম্না খেন্নগনি। পুলিসশিং অতু অহিংসাদা য়াম্না নিওখিনা থাজরা মীওই ওাক্তা, ওইগদরনি। মখোয়না মীয়ামগী

সেবা তৌবা অমা ওইনা লৈগদবনি অদুগা ময়ামগী অহিংসাগী লম্বীদা নিঙথিনা লমজিংগদবনি।

ৱাহং —পৃথিবীদা লৈরিবা জাতিশিংনা অমনা অমবু লাকশিনবা হোৎনরি। গনতন্ত্র চৎলবা ইংলেণ্ড আমেরিকা ফাওবা শক্তি যাম্না লৈনবা কন্না লাক্লরি। অসিগুম্বা মতম অসিদা অহিংসানা ঙাকপা ঙমগনি্রা ?

পাওখুম— পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা রাজনিতিকি শক্তি তান্নৈ হায়বসি অচুম্বনি। তৌইগুম্বসুং ইংলেণ্ড অমসুং আমেরিকানা চৎলিবসি অশেংবা গনতন্ত্রনি হায়না লৌরবদি য়াম্না অবানবা অমা ওইগনি। ইংলেণ্ড অমসুং আমেরিকা অসিনা অতোপ্পা জাতিবু নৈহৎলি অমসুং মাঙহল্লি অসিদা মখোয়না কররম্না অহিংসা থাজগদৌরিবনো ?

# ২৭

হৌজিক পৃথিবীদা লৈরিবা মী অয়াম্বনা ইংলেণ্ড আমেরিকানা তৌরিবা থবকশিং অসি তৌদবা য়াদবা অমসুং অক্ষবনি হায়না লৌই। অদুবু মদুদা চঙলিবা শেল, লালগী মপোং মচৈ শাবদা চঙলিবা শেল অদু খল্লুরবদি অঙকপাগী মশকনি হৌজিকী মতমদা

লাল অসি পৈশাগী মওং ওইনা তৌরে। মী অমগী খাঙবা কনবা অমস্তুং মথোনাগী রাকম কয়া য়াওদ্রে। মিকুপ অমদা মশীংশীবা ঙমদ্রবা মী কয়াবু মাঙহনবা ঙম্মে। ভারতশু ইংলেণ্ড অমস্তুং আমেরিকাগুম্বা ঙাকপা পামব্রা? ইংলেণ্ড অমস্তুং আমেরিকাগুম্বা লৈবাক অসি ঙাকে খল্লবদি ঐখোয়না হৌজিক রাবিবা অসিদগী শরুক ১০ হেন্না রাগনি।

মরম অদুনা ঐখোয়না নোংচুপলোমগী মতৌ তমগদ্রা নত্রগা ঐখোয়গী মতম কুইরবা শান্তি ওইবা থবক অদু তৌগদ্রা?

অনি অসি পুন্না চৎপা য়াদে। ঐখোয়না কিদুনা অমস্তুং শোন্দুনা অহিংসা চৎসি হায়বগী রাকম নত্তে। অকিবা য়াওদনা শান্তিগীদমক্তা অহিংসা অদু চৎসি হায়বনি। ঐখোয়না নোংচুপ-লোমগী থৌরাং অসিদা ঙকনিংঙাই লৈতে মসিনা মীওইববু অরাবদা অমস্তুং শিবদা লমজিংলিবনি।

হিংসা চৎপগী মহুত্তা ঐখোয়না অহিংসাবু নিঙথিনা চৎপা ঙমনবা হোৎনগদবনি অহিংসানা ঐখোয়বু কঞ্জবা ঙব্রবদি অতোপ্পা অশোনবা জাতি কয়াবু অনৌবা আশা পীগনি অদুগা পৃথিবীদা শান্তিগী অচৌবা থবক অমা তৌরবনি। ভারতনা অপাম্বা অদু থনগদবনি। মহাত্মা লাল তৌবা লম্বীলোমদা চৎকে খল্লবদি মহাত্মী মফম লৈরোই। অদুবু শান্তিগী লম্বীসু মঙোন্দা হাংদোক্লি। মসিনা শাংনা উরবসু মসিনা চাওখৎপগী অশম্বা লম্বীনি। শান্তিগী লম্বী হায়বসি অচুম্বগী লম্বীনি। অচুম্বনা শান্তিদগীসু হেন্না মরু ওই হায়না থনগদবনি।

থাঙ্গৈশেংনমক অরানবা হায়বসি হিংসা তৌবগী হৌরকফমনি।

অচুম্বা মীনা হিংসা তৌদুনা লৈবা য়ারোই। মুন্না থিরবা মতুংদা হিংসা তৌবসি কান্নদে হায়বা খঙগনি। করিগুম্বা হিংসাগী থবক্তা চত্থরবদি অচুম্বা অদু ফংবা ঙম্মোই। অচুম্বা অমসুং অহিংসা অদুগা অরানবা অমসুং হিংসা হায়বা পোৎ অনি অসি তিন্নবা শুকয় য়াদে। য়ানবগী লম্বী লৈতে। অহিংসানা অচুম্বা ময়াম ফংনবগী খ্বাইদগী অশম্বা লম্বীনি। মসিগী রাখল অসি মী থরদনা থাজরবসু মখোয়না থাংমৈগী মাঙালগুম্না ঊন্দুনা ময়ামদা মঙাল পীদুনা লৈগনি।

অচুম্বা অমসুং অহিংসা য়াওদ্রবদি শান্তি লৈবা য়াদে। পৃথিবী অসি হিংদুনা লৈরিবা অসি অচুম্বা মুংশিবা অমসুং অহিংসানা হেন্না লৈদুনা তৌরিবনি। হিংসা অমসুং অরানবা হায়বসি ঐখোয় মীওইবগী লায়নানি অদুগা অহিংসা অমসুং অচুম্বা হায়বসি মীওইবগী হিদাকনি।

গান্ধীজীগা পাউতাকশিং অসি ওইথোক্লবা নত্তে। মসি মমাংঙৈদগী মী কয়ানা হোৎনরবনি ঐখোয়না অতোপ্পা মপালগী শক্তিশিংবু কিনিংঙাই লৈতে। করিগুম্বা ঐখোয়না অরানবা তৌদনা অতোপ্পনা লান্দারক্লবদি ঐখোয়না ঐখোয়গী অরাবা থাঙবা ঙম্বগী শক্তিদা থাজগদবনি। মদুনা লান্দারকইবশিংবু ঙাক্-থোক্কদবনি।

ভারতনা হিংসা থাদোক্নুনা অশেংবা অহিংসা থজবা লাক্ল-গদবনি। মহাত্মা অহিংসাদা য়াম্না থাজে। করিগুম্বা অহিংসা চৎপা লৈবাক অমা পৃথিবীদা লৈবা তারবদি মদু ভারতনা ওইগনি

অতোপ্পা লৈবাক অমনা ওইবা য়ারোই। মপুংফানা স্বরাজ ফংলবা খুৎলাই পায়রবা ভারত অদুদা কনানসু রোম থাদবগী রাখল লৈরোই। ভারতকী য়েরবা লৈরোই। ভারতবাসিশিংনা তমগদবা হায়বদু মখোয়দা নত্তবা তৌরকপা পুন্নমকপু তিন্নদবা। মসি নিঙথিনা তৌবা ঙম্নবদি গান্ধীজীনা চাউথোক্না হায়বা ঙম্মী মদুদি কনানসু ভারতপু ভয় তৌনিংবগী রাখল অসি লৈরোই। অদুগা ভারতকী শেল শুমগী ফিভমসু অতোপ্পা লৈবাক্না মীহৌনবা ওইহল্লোইদবনি।

পৃথিবী পুম্বনা ভারতপু অঙকপা অনৌবা থৱাগীদমক্তা য়েংলি। গান্ধীজীনা ভারতকী সিমনা অসিফাওবা অহিংসানা ঙাকপা পাম্মী। ভারতনা অহিংসা অসি চৎকে থনদ্রবদি পৃথিবী পুম্বনা থল্লিবা আশা অদু মাঙলবনি।

## ৩০

### আমেরিকাদগী হংলকপা ৱাহং অমা:—

ৱাহং —করিগুম্বা ভারতমা সত্যগ্রহ অদিবু ষ্টেট পোলিসি অমা ওইনা লৌরবদা করিগুম্বা অতোপ্পা লৈবাক্না লান্দাররবদি করম্না ঙাকদগে ?

পাউথুম—গান্ধীজীনা মহাক্কী মত পী। ষ্টেট অমা লৈরিবা মী পুম্নমক অহু অহিংসা থাজরবা মতমদা অহিংসা লিংবা ঙমগনি। অসিগুম্বা ষ্টেট অম্মা লৈবা তারবদি মহু ভারতনা ওইগনি! অহিংসা চৎপা লৈবাক অমবু অতোপ্পা লৈবাক অমনা লান্দারকপগী মরম লৈতে। অসিগুম্বা সমাজ অহুদদি মী অমনা অমবু অপনবা পীবা তৌরোই-দবনি। করিগুম্বা ফত্তবা অহু থোক্লবদি মরম অনি লৈ। লান্দারকইবহুদা অথিংবা তৌদবা অহুগা মখোয়গা করিগুম্বা অমত্তা তিন্নদবা (Non-co-operation) প্রজা-দগী করিগুম্বা মতেং অমত্তা পীদবা অহুগা মখোয়না হায়বা ইনবগী মহুত্তা শিনবা থৌরাং তৌবা। মখোয়না তৌবা পুম্নমক অহিংসানা থিংনবা লাক্কবা। মতৌ অসুম্না মী লিশিং লিশিংনা শিরবা মতমদা লান্দারকইবশিং অহুগী থম্মোয় অহু ওল্লক্কনি। মতৌ অসুম তৌনা ঐখোয়না অহিংসা অসি মপুং ফানা চৎপা ঙম্নবদি লালগী শেমশাবা কান্নবা লৈত্রে অহুগা খুজু খুৎলাই শাবদা পৈশা য়াম্না চঙবা অহু তৌরোই। মী খুদিংমক অহিংসানা নিয়ম নাইবা তম্বীরবদি মী পুম্নমকী অরাংবা লমচৎ লৈগনি। অসিগুম্বা মীশিং অম্নিনা থৌনা ফম্নবা সিপাহী কয়াদগী হেন্না থৌনা উৎপা ঙমগনি। অহিংসাদা থৌক্না ফবা হায়বদি মীবু হাৎপদা নত্তে শিবা কিদবনি। অহিংসাদা ম্নায়থিবা হায়বা ৱাফম অসি য়াওদে।

# ৩১

হিংসা তৌববু অতোপ্পা হেন্না কনবা হিংসা অমনা মুথৎপা ঙমদে হায়বসি মীওইবনা মতম কয়াদগী খওদ্রনা লাক্লবনি। তৌইগুম্বস্থং হিংসা অদুবু অহিংসানা মুথৎপদি ঙমগনি। অদুবু মী অয়াম্বনা অহিংসানা থিংবা হায়রগা লাম্না লৌই। অহিংসানা লান্দাব়কইবা নত্রগা হিংসা তৌরিবশিং অদুদা থুরুমশি হায়বগী ব্রাকম নত্তে মসিনা হায়বদি হিংসাবু হিংসানা থিংবগী মহুত্তা শিরবা ফাওবদা হিংসা তৌরিবশিংনা হায়বা তিল্লবা য়াদবা অদুবুনি। মসিনা অশেংবা অহিংসানি। ঙাকপীবা হায়বসি থৌনাফবগীনি পাঙদবগী নত্তে।

ভারতনা পৃথিবী অসিদা তৌবা য়াবা থবক হায়ববু অহিংসা অসিদনি। মসি এটোম্ব বোম্না মাঙহনবা ঙম্মোই। হৌজিক এটোম বোমগী যুগ অসিদা অহিংসা নত্তনা অতোপ্পা খুৎলাই থিংনবা লৈতে। মসিনা মীশিংবু পাঙদবা ওইনা লৈবগী ব্রা নত্তে। মসিনা মুপী ফাওবা থৌনা পী। অহিংসা অসি অশেংবা থৌনা ফবা মীশিংগী খুৎলায়নি।

অহিংসানা অফবা পুরকপা ঙমগনি। গান্ধীজীনা হিংসা তৌবা পাক্লদে। করিগুম্বা মতম্বদা হিংসা তৌবদা অফবা লৈ হায়না

লোৱম্বা ম্লাই অদুবু অদুগুম্বা অকবা অদু মতম খরদগীনি অদুগা মদুনা ফত্তবা তৌবা অদুদি মতম পুম্নমক্তা মৃৎপা য়াদনা লৈগনি। মী অম্নাম্বনা অহিংসা চৎলবা মতমদা হিংসাদগী মানথোকপা ওমগনি। মুংশিবদনা তুকৎচববু তানথোকপা ওমগনি। গান্ধীজীনা হায়রিবা অসি অনৌবা অমত্তা নত্তে মমাংদৈদা ভারতকী মুনি কয়ানা পাউজেলরমরনি। মহাক্না অমুক নৌহৌনা পাউজেল অদু চেরবনি।

# ৩২

স্বরাজ ফংলবা ভারত অদুদা মুপা মুপী জাতি খেন্নবা পুম্নমক্না অসিগী ৱাকম অসি লৌথোক্লদবনি। মরম অদুনা খাইদগী হেন্না শিংবা ফবা অদুনা, মুপা ওইরবসু মুপী ওইরবসু লৈবাক্কী ৱায়েলয়া ওইগদবনি। থবক অচৌবা তৌনবগী গুনদি লৌশিংনা লেপকদবনি। ঐখোয়না ইশাগী খনবগী মতুত্তা লৈবাক্কী ওইনা খনগদবনি। সরকারগী থবক অচৌবা তৌবা পুম্নমক য়াম্না চম্না লৈতুনা অৱাংবা ৱাখল খনগদবনি। ভারতকী নাগরিক অমা ওইবদা নত্তুনা পৃথিবীগী নাগরিক অমমমনি হায়না খনগদবনি। মন্ত্রীনচিংবা পুম্নমক্না ময়ামগী সেবা তৌবা অমা ওইনা লৈবা ময়ামগী মপু ওইবগী ৱাখল অদু থক খন্দবা। ময়ামগী ফনবগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা খনবদা

মশাগী অমস্তুং মরুপ মপাং থরগী নুংঙাইনবগী রাখল অদু থাদোক-দবনি । মন্ত্রী ওইবশিংনা করিগুম্বা মতমদস্থু অচুম্বা তৌবা ম্রুভমদা ফম অদু মাঙখিগনি হায়বগী অকিবা লৈরোইদবনি । কংগ্রেসিশিং অসিনা লমচৎ মাঙলকপা অসি কংগ্রেসকী য়াম্না মাঙবা অমনি । কংগ্রেস হায়বা সংস্থান অসি ময়ামগী সংস্থান অমা ওইনা লৈগে হায়রবদি মন্ত্রীশিংনা য়াম্না নুংঙাইনা সাহেবকুম্না লৈবা তৌরোইদবনি । অদুগা মখোয়না ফংবা খুদোংচাবা পুম্নমক মরম্নাইগী ওইবা নুংঙাইবদা শিঞ্জিম্নরোইদবনি য়াম্না চম্না লৈদুনা ময়ামগী সেবা তৌগদবনি । য়াম্না নোম্বা কনগদবনি অমস্তুং থৌনা ফগদবনি । থবক তৌবা মতমদা নিয়ম নাইবা ইচং থৌবা নোম্বা কনবা অদু নঙনা অতৈ পুম্নমক্তি সাহেবশিংগী মতৌ তমলোইদবনি । অচৌবা ওইবশিংনা মখোয়গী চান্নবা নুংশিবশিংবু কান্নবগীদমক্তা লৈবাক অদুগী আইনদা খুং থিংজিনবা তৌরোইদবনি ।

থবক তৌরিবা মী খুদিংমক নুংশিননা পুন্না থবক শুমিন্নগদবনি । মী পুন্নমক্না ময়ামগী ফনবা থনগদবনি । সরকারগী থবক তৌবা মী খুদিংমক প্রজাগী অশেংবা থবক তৌবা মী ওইগদবনি । অকে-অমোগী রা পুম্নমক থাদোক্কদবনি । মতম্ন পুম্নমক্তা প্রজাগী ফনবা থনগদবনি । মতুতদা ভারত্তা ফিদম্নফম ওইবা সরকার অমা লিংবা ঙমগনি । মসিনা অশেংবা মপুংফাবা স্বরাজনি । ঐখোয় মীহুৎশিন্দুনা কারিবশিং অদুনা মখোয়বু কৈ ফত্তে হায়বদা শাউরোইদবনি ।

আই, সি, এস, আই, পি এস, পুম্নমক মম্নাংঙৈগী অতোম্না লমগী মীনা পৈশা পীদুনা লৈবাক ঙারবা থবকগী রাখল অদু

থাদোক্লগদবনি। মখোয় হৌজিক ভারতকী মীয়ামগী সেবা তৌবা অমা ওইনা লৈরগদবনি। শেঙ্গা-থুমজা পুন্নমক থাদোকদবনি। মন্ত্রীশী য়াথং ঙাইহনা মখোয়না মখোয়গী মথৌ নিঙথিনা পাঙথোক্কদবনি। প্রজাশিংনসু মখোয়বু য়ারিবমখৈ মতেং পাংগদবনি। করিগুম্বা মখোয়না মখোয়গী মথৌ অদু তৌদ্রবদি মখোয় অসি মরাল লৈরবা মীনি। মখোয়না মীয়ামদা স্বরাজবু নিঙথিনা মশক খঙহনগদবনি। খ্বাইদগী তোনবা ফাওবা স্বরাজগী মুংঙাইবা অদু ফাওহনগদবনি। মখোয়না প্রজাশিংদা অফবা নাগরিক অমা ওইবগী খুদম ওইনা লৈগদবনি।

## ৩৩

মী খরনা অশুম্বা খল্লি মহুদি ভারতকী লুচিংবশিং অদুগা ভারতকী মহুৎশিন্দুনা অতোপ্পা লমদা চৎলিবশিং অসি ইংলেণ্ড অমসুং আমেরিকাগুম্বা উনবা মতীক চানা খরচ তৌগদবনি হায়না মখোয়না খল্লি অসিগুম্বদা শেল তিংবা অসি তৌদ্রবা য়াদবা অমনি অমসুং ভারতকী ইজৎকীদমকনি হায়না। অদুবু গান্ধীজীদি রাখল অসিদা য়াবা পামদে অমসুং অচুম্বা রাখলনি হায়না লৌদে। স্বরাজ ফংলগা য়াম্বা অকে-অমৌ তৌগদবনি হায়বা থোইনা লৈতে।

ঐখোয়না ঐখোয়গী মতীক চাবা অদু তৌগদবনি। ঐখোয়গী লায়রবা অদু ময়ামদা লোৎশিল্লগা কান্নবা করি লৈবগে। ভারতকী ইজৎ সনমানদি মহাক্কী লমচৎ অমসুং অহিংসানা পুরক্কদবনি।

মন্ত্রীশিং অমসুং ঐখোয়গী মহুৎশিন্দুনা কারিবশিং অদুনা তলব য়াম্না লৌরোইদবনি। মখোয়দি পৃথিবীদা লৈরিবা য়াম্না লায়রবা কাঙবুগী মহুৎশিনবনি। মখোয়না ফংগদৌরিবা তলব অদু লায়রবশিংনা পীবনি। মখোয়না অসিগুম্বা লৈবাক্কী ফিভম অসি নিংশিংগদবনি অসিগুম্বা লাইরবা লৈবাক অসিদা মুংঙাইগে খনবা অসি অচৌবা পাপ অমনি।

প্রজাগী মীহুৎশিন্দুনা কাবিবশিং অসিনা মতম পুম্নমক্তা প্রজাগী মুংঙাইনবা খনগদবনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌবা তারবদি প্রজাগী য়ানিংবা মত অদু লৌগদবনি মীওইবগী ফত্রবা হৈনবা অমা লৈ মতুদি মীওইবনা অনৌবা খাজনানচিংবা অসি শুকখী খীবা পামদে।

অফবা সরকার অমা ওইরবদি খাজনা খীরিবশিংবু খাজনা খীরিবা অদুগী মুংঙাইহন্দবা পোকহল্লোইদবনি। মখোয়শিং অদু পেলহন্দনা ময়ামগী চৎনবীনি হায়না য়েৎলবদি ময়ামদা কান্নবা লৈতে। ভারতকী ফিভম অসি য়েংলুরবদি কনাগুম্বনা শেল য়াম্না পৈশিন্দুনা থম্বা অসি অচৌবা মরাল অমনি। মীনুংশি খঙদবা অমনি হায়না লৌবা য়াই। মরম অদুনা মখোয়না য়াম্না ইনাক খুনগৎপা অদু থিংনবা মখোয়দগী খাজনা য়ামনা লৌগদবনি।

# ৩৪

মহাক্না অচুম্ব অয়ানগী য়ায়েন অসি পুমহোং হোংদোকপা পাম্মী। মসি অয়েম্বদা লাউবা য়াই। ভারতনা অচুম্বা অমসুং অহিংসাবু থাজবা য়াংলবদি পুমহোং হোংবা অসি য়ায়োই। মশাগী ওইজবা য়েংবা কাওবুনা অনৌবা আইন অমা শেমশি হায়বদা য়াদবা য়াই। অতুবুময়াম্না অহিংসা থাজতুনা মযামগী অফবা অমা পুয়কপা ঙম্নবদি অচুম্বা অতুসু লায়না ফংবা য়াই। উকিল অমসুং কোর্টকী য়াহৈশিং অসিদা শুমহৎপা তৌদনা মশানা থওজয়বদি হেন্না নুংঙাইবা পুন্সি অমা ওইগনি। কোর্টতা য়াম্না তোয়না চৎলবদি অতোপ্পা লম্বী অমদা চৎখ্রগনি।

শাক্তি ওইবিবশিং অতুনা শেলগী নত্রগা মকুপ মপাঙগী মরী-মতাগী য়াখলদা চৎলবদি অচম অবান য়েংলকওই। মসি ঐখোয়না অহিংসাবু অমসুং অচুম্ববু থাজববদি অবানবগী য়াখল অসি লাক্লোই।

"উকিল ওইরিবশিং অতুনা মহাক্কী শেঙ্গাও চোন্নবগীদমক্তা ওইনা থম্লোইদবনি। লৈবাক্কী সেবা তৌবগী মওংদা মরু ওইনা তৌগদবনি অমসুং থনগদবনি। থুদম ওইনা উকিল থয় লৈখি মখোয়না য়াম্না চম্না পুন্সি লেন্দুনা মখোয়না আইনগী মরমদা হুহবা

পুন্নমক অদু মীগী কান্নবগীদমক্তা শিজিন্নখি। মখোয় অদু মুংঙাইবা শেল লৈবদি ঙমখিদে অদুবু অচৌবা থবক অমদি তৌবখ্মী। উকিলশিংনা মরাল লৈবা মীবু কনবগী মহুত্তা বিচারপতিশিংবু অচুম্বা রায়েপ তাবদা মতেং পাংগদবনি অমসুং মরাল লৈজদবা মীশিংবু অরাফমদগী কনগদবনি।

গান্ধীজীনা খঙ্গবা স্বরাজ অদুদা হুবান-চীংবী অরাংবা তৌবগী মফম লৈতে অদুগা মীশিংনসু তৌবোইহ। ব বিগুম্বা তৌববদি মহু মপুঙ ফাবা স্বরাজ নত্তে। অবানবা তৌবা হায়রবা সমাজ অদুগী অমাঙবা অমসুং লায়না অমনি অমসুং মহুবু ফনবা লাক্কবা ভাই। অদুগুম্বা মী অদুগী প্রুরিং অমসুং রাখল অদু শেংহোক্কদবনি। শেংদোকপা ঙম্নবা মতম অদুদা সমাজ অদুগী শান্তি লৈগনি। মখোযবু মখোযগী লৈনবা অদু সত্যাগ্রহগী মতেংনা চমথোক্কদবনি। পুলিসকা মতেংনা মখোযবু চুমথোকপা ঙম্মোই। মখোযদা থাজহনবা পোকহন্দুনা য়াম্না প্রুকচেল শেংবা মওংদা লৈনবা তম্বীগদবনি।

অদুগা মী অমবু শিবগী দণ্ডি পীবা অসি অহিংসাগী ওন্নলৈনবনি হায়না গান্ধীজীনা লেই। দণ্ডি পুন্নমক অসি অহিংসাগী ওন্নবা ঙাক্কনি। অহিংসাদা মীবু দণ্ডি পীবগী রাফম য়াওদে। অহিংসা চংপা ষ্টেট অমদদি কনাগুম্বা অমনা মী হাৎলুববদি মশানা মশাবু চুমথোকচনবা খুদোংচাবা অদু পীগদবনি। অবানবা থবক তৌবা হাযবসি লাযনা মথল অমনি মবম অদুনা মখোযদা মশাবু চুমথোকচনবা খুদোংচাবা অদু পীগদবনি।

গান্ধীজীনা হৌজিক ভারত্তা লৈবিবা জেল মওং অসি পামদে।

অৱানবা তৌৱিবশিং অসি নাৱবা মী অমগুম্না লৌগদবনি অদুগা জেল অসিনা হোসপিতাল অমগুম্না লৈদুনা মৱাল লৈৱবা মীশিং অদুগী লাইয়েংশং ওইগদবনি। মীওইবনা ফাগী ফৱাংগীদমক্তা অচৌবা অৱানবা তৌবা হৌনদে। মসি পুক্লিংগী লায়না অমনি। মৱম অদুনা মখোয়বু লাইয়েংবিদুনা লায়না অসিদগী ফনবা হোৎনগদবনি। জেল পুৱিবা মীশিং অসিনা ডাক্তর অমসুং নর্স কুম্না লৈগদবনি অদুগা বন্দি ওইবিবশিং অদুনা মখোয়বু মকুপ ওইনা থনবা ঙমহনগদবনি।

বন্দি ওইৱিবশিং অদুনা জেলগী নিযম পুন্নমক ঙাক্না চৎকদবনি। মখোয়দা শিন্নবা থবক পুম্নমক থৱাই য়াওনা তৌগদবনি। মখোয় ময়াম তিন্নদুনা অফবা মী অমা ওইনবা হোৎনগদবনি।

গান্ধীজীনা ময়াইকাবা মহী থকপনা হুৱানবদগী হেন্না চাউবা মৱাল অমনি হায়না লৌই। অনৌবা আইন অমা শেমদুনা মসি গুংলিবশিং অদুবু দণ্ডি তৌবা পাম্মী। হুৱানবনা মশাদা মাঙহল্লি অদুগা ময়াইকাবা থকপদি হকচাং ৱাখল লমচৎ পুম্নমক মাঙহল্লি।

অশেংবম্নক হুদগী হেন্না ময়াইকাবনা ফত্তে। গান্ধীজীনা থাজৈ মতুদি ময়াইকাবা পোৎ চাবা অসি থাদোক্লবদি পুক্লিং ৱাখল হকচাং ফগৎহনগনি। ময়াইকাবা চাবা অসি থিংগদবনি মসিনা ভারতকী চাওখৎপা ওইগনি।

# ৩৫

স্বরাজ ফংলবা ভারতনা মহাক্কী য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা অরাবদা মতেং পাংনগদবনি। য়েংথিনবা অমত্তা থম্মোইদবনি। ভারতনা স্ববাজ ফংবদা অতোপ্পসু নুংঙাইহনগদবনি। ভারতনা মীনায় ওইবদা চাওখৎপদা অপনবা অমা ওইবগুম্না মহাক্কা স্বরাজ ফংলবা মতমদা নোংপোকলোনদা লৈবা দেশ পুন্নমক্কী নুংঙাইবা ওইহনগদবনি। থংনবা লৈবাক্কা নুংঙাইনদবা হায়বসি য়াম্না খুদোং চাদবা অমনি। অদুগা অতোপ্পা দেশতা মপান তাংবগী রাখল অদু থাদোক্কদবনি। মপান তাংবা হায়বসি অরাবগী মশক্নি।

ভারতনা ঈ তান্নদনা স্ববাজ ফংবা অসিদা পৃথিবীগী মফম পুন্নমক্কগী অঙকপা অমা ওইনা ভারতপু য়েংলি। অসিগুম্বা ময়াম্না ঙক্কনা য়েংলিবা স্বরাজ অসি ময়াম্না ঙক্লিবা অদুগী মতীক চাবা অমা ওইহনগদবনি। ভারত অসি মহাক্কী প্রকৃতিগী মতেংশিং অসিগা চান্নবা অনৌবা ভারত অমা গান্ধীজীনা শেম্বা পাম্মী। অদুগুম্বা অনৌবা ভারত অদুদা য়াম্না অফবা সমাজ অমা শেমগদবনি। অদুগা সমাজ অদুবু মপুং ফাহনগে স্বরাজ অদুবু মতীক চাহনগে হায়রবদি ভারতনা অহিংসাবু মপুং ফানা থাজগদবনি। হিন্দু মুসলিম কাঙবু পুন্নমক নুংশিননা লৈগদবনি। হিন্দু মুসলিমগী

লৈবাক অনি শেম্নবস্থু অমনা অমদা অপনবা পীৱোইদবনি। ভাৱত্তা লৈবা মুসলিম পুম্নমক নাগৰিক নত্তে হায়না লৌৱোইদবনি। অপীকপা কাঙবু পুম্নমক্কা ভারত অসি মখোয়গী নত্তে হায়না খনবা তৌবোইদবনি। ষ্টেটনা ধৰ্ম্মগী মৰমদা করিগুম্বা অমত্তা খুৎথিংজিন্নোইদৌবনি। আইন্না মীশিংগী মবক্তা খেন্নবা অমত্তা থম্মোইদবনি। করিগুম্বা লৈবাক্কী আইনদা অকাযবা লৈত্রবদি মানা মানা পামজবা ধৰ্ম্ম অদু চৎপদা অপনবা অয়েৎপা অমত্তা পীৱোইদবনি। অসুম্না নিঙদিনা চৎলবদি ভারতনা অচৌবা লৈবাক অমা ওইবা ঙমগনি। ঈশ্বৰদা অমগুনি, লম্বী তোংঙান তোংঙানবদনি। পৃথিবীদা লৈৱিবা মী মশাং অসুক য়াম্না ঈশ্বর নিংবগী লম্বীস্থ লৈবা য়াই। অপীকপা কাঙবু খুদিংমক্কা অচৌবা কাঙবুগুম্না মান্নবা অধিকাৱ লৈ অমস্তুং মমল লৈ হায়না লৌগদবনি। ভারতনা মহাক্কী লম অসি সিখ অমস্তুং হিন্দুদগীনি হায়না লৌববদি য়াম্না অমাঙবা অমা ওইগনি। ভারতনা অদুগুম্না খল্লবদি এশিয়া, আফ্রিকানা ভাৱত্তা আশা অমা তৌৱিবা অদু মাঙখিগনি। পৃথিবী অপুম্বা অমম্বা অৱাবনা থৱবা মুগ অসিদা ভারতনা মঙাল অমা পুৱক্কনি হায়না থাজৈ। অসিগুম্বা অচৌবা থবক অসি ভাবতনা পাঙথোক্কে, হায়না খল্লবদি মহাক্কী মনুংদা কাঙবু কাঙবু নাইবা অসি তৌৱোইদবনি।

ষ্টেট অমস্তুং ধৰ্ম্ম অনি অসি তোংঙান্না লৈগদবনি। ধৰ্ম্ম হায়বসিদি মী মশা মশাগীনি ষ্টেটনা খুৎ থিংজিনবা দরকার ওইদে। স্বৰাজ ফংলবা ভারত অদুদা ধৰ্ম্ম নীংতম্বা মপুং ফানা থমগদবনি। লৈবাক অদুগী অফ-মুংঙাই শেল-থুম অতোপ্পা লৈবাক্কা মৰী লৈনবা অসি ষ্টেটকী থবকনি অদুগা ধৰ্ম্মদি ষ্টেটকী মথৌ নত্তে। ধৰ্ম্ম

হায়বসি মী মশা অতুগী মরন্নাইগী ৱানি। সরকারনা ধর্ম্মগী মরমদা লাইরিক তম্বা হায়বসি গান্ধীজীনা পামদে। কনাগুম্বনা ধর্ম্মগী লাইরিক তমনিংলবদি মতুদা লৈবাক অতুগী আইনদা কায়ত্রবদি মরন্নাইনা তমজগদবনি। ধর্ম্ম অমসুং লমচৎ অসি তোংঙানবা পোৎনি। ষ্টেটনা নিয়ম অমসুং লমচৎ নাইনবা হোৎনবা য়াই অতুগা ধর্ম্মগী মরমদদি যেংশিনবা তৌরোইদবনি স্বরাজ ফংলবা ভারত অতুদা মী মীনা ধর্ম্মগী মরমদা লৈবাক অতুগী আইনদা অকাযবা লৈত্রবদি মানা মানা চৎনিংবা লম্বী অতুদা চৎহনগদবনি।

মী পুম্নমক ঈশ্বরদা থাজবদি কৈ। তোংঙান তোংঙানবা ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুনা ধর্ম্মগী মরমদা খৎনরি মসি ঈশ্বরবু থাজবা ৱাৎপনি অতুগা মখোযনা চৎলিবা ধর্ম্ম অতুব থাজদবনি। ভারত-বাসি পুম্নমক্না অসিগুম্বা অসি তৌরোইদবনি। ধর্ম্মনা ঐখোয়গী লৈবাক নুংশিবা নুংশিদবগী চাং অতু লেপকদবা নত্তে। ধর্ম্ম হায়বসিদি মী অতুগী মরন্নাইগী ৱানি জাতিগী ওইনা লৌরবদি ঐখোয় পুম্নমক ভারতবাসি ঙাক্কনি।

স্বরাজ ফংলবা ভারত অতুদা কাঙবু কাঙবুগী ওইনা মহুৎ-শিনবা ( Communal Representation ) অসি তৌরোইদবনি। অচুম্বা ধর্ম্ম হায়বদি অফবা ৱাখল থনবা অফবা লমচৎ চৎপা অতুবুনি অতুগা অশেংবা লৈবাক নুংশিবা হায়বসু অফবা ৱাখল থনবা অফবা লমচৎ চৎপা অতুব নি।

লাইরবা থৌশাদ্রিবা, লৈখা তারবা মীশিংবু নিঙথিনা য়েংশিনবিগদবনি। নুপা নুপী খেন্নবগী ৱাখল পুম্নমক থাদোক্কদবনি।

লৌশিংদনা খেন্নবা ওইগদবনি। ভারত্তা নুপীবু হন্থনা য়েংবা চংনবা অহু থাদোক্কুনা নুপীবু হেন্না খুদোংচাবা পীবা চংনবী অমা হোদোক্কদবনি। গান্ধাজীনা নুপা নুপী খেন্নদনা য়েংবা পাম্মী। মখোয়বু দায়িত্ব ওইবা থবক কয়াদা পুহনবা পাম্মী। হায়রিবা অসি নুপীশিং অহুগী শক্তি লৈতনা তৌহনসি হায়বগী ৱা নত্তে।

কর্ম্মচারি ওইহনবগী মতাংদা ঐখোয়না কাঙবু কাঙলুপ নাইবগী ৱাখল অহু থাদোক্কদবনি। তোঙানবা কাঙবু নাইবগী ৱাখল অহু লাক্লবদি যাম্না মাঙনবগী মশক্তি। সরকার অহু ফংহনগে হায়রবদি কাঙবু নাইবগী ৱাখল তোক্কুনা খ্বাইদগী হেন্না মতাকচাবা মীশিংগী মথুত্তা থমগদবনি। অচান-অরাইগী ৱাফম অমত্রা থম্মোইদবনি। থবক য়েন্থোকপা থবক হাপ্পা মতমদা কাঙবু কাঙলুগী মওং যেংলগা য়েনথোকপা হাপ্পা তৌরোইদবনি। খুদম ওক্তনা হায়রবদা পোষ্ট অহুম হাঙবদা মহুগী থবক হাপ্পদা মুসলিম অহুম্না খ্বাইদগী মতাক চারবদি কাঙবু ওইবগী ৱাখল অহু থাদোক্কুনা মখোযবু হাপকদবনি।

# ৩৬

ভারত্তা অতাপ্পা জাতিনা লৈবাক ঙাকল্লিবৈঙেদা ধর্ম্মদা অচান মীরাই নাইরম্ব অহু হৌজিক লৈবরোইদবনি। লৌশিংদা শস্মি ক্ষা

লৌরগদবনি। মীগী খেন্নবস্থু লৌশিংনা লেপকদবনি। য়াম্না নিঙথিনা শেন্নবা সমাজদা অচৌ-অপীক কাঙবুগী রাকম অসি লৈহল্লোইদবনি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুনা মখোয় অসি মশীং য়ামদবা কাঙবুনি হায়না খনবা তৌবোইদবনি। খৃষ্টান অমস্থু য়াম্না হেন্না হৈথোই-শিংথোইরবদি ভারতকী প্রধান মন্ত্রী ওইবা য়াই। এঙ্গলো-ইন্দিয়ানশিংনা হেন্না খুদোংচাবা ফংগদবনি হায়বা রাখল অচু থাদোক্কদবনি। ইংরেজীশিংনা পাল্লিমেন্টগী মতম্নদা মখোয়না খুদোংচাবা কয়া ফংলম্বা অচু স্বরাজ ফংলবা ভারতদি ফংলরোই। মখোয়স্থু ভারতকী নাগরিকনি অতোপ্পা নাগরিকশিংগা মান্ননা লৈগদবনি মান্নবা খুদোংচাবা ফংগদবনি। অহেনবা জাতিগী রাখল অচু লৈরোইদবনি।

অধিকার পুন্নমক ঐখোয়গী ইথৌ তৌরবা মতুংদা ফংগদবনি। নীংতমলে হায়চুনা তৌনিংবা পুন্নমক তৌবা য়াদে। স্বরাজ হায়রকদি মশানা মশাবু থিংজবা নিয়ম নাইবা অচুবুনি। শক্তি হায়বনা ময়ামগী অপুনবা রাখল অচুনা ওইগদবনি। ঐখোয়না লনাইগী ওইবা রাখল অচু থাদোক্তুনা পৃথিবী পুম্বগী কান্নবা ওইবা রাখল অচু তৌগদবনি।

মহাত্মা ভারতকী মী খুদিংদা ভারতকীদমক অফবা তৌনবা অফবা খন্নবা হায়জরি। শক্তিগীদমক্তা খন্দুনা লৈরবদি ভারত অসি করি ওইগদগে। ইশাগী মরি মতাগী অমস্থুং চান্নবা কয়াগী রা থাদোক্তুনা দেশকীদমক্তা খনগদবনি। গান্ধীজীনা ধর্ম্মগী রাকম য়াওদনা লৈবাকপু অমস্থুং জাতিবু মুংশিবা অচু পাম্মই।

# ৩৭

খদব অসি জাতি অমগী লৈবাক অমগী কান্নবা পোৎশক অমনি। মসিনা ময়ামদা অচুম্বা অফবা পাউজেল চেন্দুনা কয়া কান্নহনবা য়াই। অদুবু মসিনা অরানবা পাউ শন্দোক্লবদি য়াম্না মাঙবগী মশক্নি। পাউজেল অসি অচুম্বা পাউজেল চেন্নবগীদমক্তা থম্নবা কন্না হোৎনগদবনি। হৌজিক মতমগী জেনেরেলশিং অসিনা পুকচেলশেংবা মী কয়াবু অরানবা লম্বীদা লমজিংনবা লাক্লি। মসিগী রাখল অসি থাদোক্তুনা জর্নেলিষ্টশিংনা ময়ামগী অফবা থবক অদু তৌগদবনি।

সিপাহী অমসুং পুলিস হায়বা অসিসু ষ্টেট অমগী চঙদ্রবা য়াদ্রবা অমনি। মখোয়না মতম পুম্নমক্তা মীচং মীখাই নাইবগী থবক তৌরোইদবনি। মখোয়না কাঙবু নাইবগী রাকম অসি তৌরবদি জাতি অসিগী য়াম্না অমাঙবা ওইগনি। মখোয়না থরাই ফাওবা য়োন্থোক্তুনা অপীকপা কাঙবুবু ঙাকশেনগদবনি। করিগুম্বদসু মখৌ কাউরোইদবনি।

কর্ম্মচারি অমসুং নাগরিক পুম্নমক্না ধর্ম্মগী রাকম কাউথোক্তুনা ভারতপু সেবা তৌগদবনি। মানা মানা চৎনিংবা ধর্ম্ম চৎপা য়াবা ষ্টেট অমা ওইনা ভারতপু শেমগদবনি। মদুদা ভারতনা পৃথিবীদা মীচং পুরকপা ঙমগনি।

ঐখোয় ভারতবাসি পুম্নমক তোঙান তোঙানবা ধর্ম চৎলকয় ঐখোয় লৈবাক অমত্তদা লৈবনি ইমা অমত্তগী মচানি ঐখোয়না ভারতপু হিংহনগে হায়রবদি অমনা অমবু য়েংথিবা তৌরোইদবনি। ঐখোয় পুম্নমক উ অমগী মশীং থিঙমল্লবা উনা লৈবগুম্বনি। ঐখোয় পুম্নমক মুংশিনা পুন্না লৈগদবনি। ঐখোয় পুম্নমক্কী চপ মান্নবা অধিকার লৈ। অতোপ্পা দেশশিংগা মরুপ মপাং ওইনা লৈগদবনি। মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফবা লম্বীনি। ঐখোয় মশেল খৎনদুনা লৈরবদি ঐখোয়গী তাঙলবা স্বরাজ অসি মাঙখিগনি।

ভারত অসি পৃথিবীদা ফংবা পোৎ অয়াম্বা ফংবা লৈবাক অমনি। ঐখোয় মশেল খৎনদুনা লৈরবদি পোৎশিং অসি পামদুনা অতোপ্পা লৈবাক্কা ভারত্তা লাক্কনা মাগী পোৎশিং অসি নমদুনা পুখিগনি।

ভারতবুম্বা লৈবাক অমা পৃথিবীদা লৈতে। মসি ফিদম্নকম ওইবা ষ্টেট অমা ওইবা য়াগনি। মী অমা ফরবদি লৈবাক অসি ফহল্লকপা য়াগনি। ভারতকী মী লিশিং লিশিংনা অফবা মীওই ওইরক্লবদি ভারত অসি পৃথিবীদা লৈবা লাই লৈবাক অমা ওইগনি। ঐখোয়গী মরক্তা খেন্নবা অমত্তা থম্মোইদবনি।

গান্ধীজীনা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা রাজনিতিক্কী রাকম অসি খন্দ্রিঙৈদা তোঙান তোঙানবা কাঙবুশিং অসি তিন্নবা থল্লম্মী। কাঙবু পুম্নমক অসি চান্নবা লৈবা মতম অতুদা ঐখোয়গী অশেংবা স্বরাজ ফংলবনি।

লাইরবা ইনাক খুনবা মুপা মুপী খেন্নবা শোক্লবা য়াবা য়াদবা

শুম্নমক লৈহল্লোইদবনি। ভারত্তা লৈরিবা ঐখোয়না ভারতকী-দমক্তা থরাই থাদোকপা ওম্নবদি ভারত্তা কনানসু অমাওবা অমত্তা তৌবা ওম্মোই। অচুম্বদনা জয় ওইগনি অরানবগী মকম লৈরোই।

"ঐখোয়না লৈরিবা অশেংবা লম ভারত অসিবু ঈশ্বরনা থৌজানবিসনু"।




লোইরবা



